# লুমথখুমবা হিনাউ

(মণিপুর স্টেট কলা একাদেমী এৱার্ড ইং ১৯৮৯ ফংলবা)



চিত্রেশ্বর শর্মা

# ꯂꯨꯄꯊꯈ꯭ꯔꯕ ꯍꯤꯅꯥꯎ

# লূপথখ্রবা হিনাউ

(মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমী এৱার্দ ইং ১৯৮৯ ফংলবা)

# লূপথখ্রবা হিনাউ

(মথং খুৎনমদা মীতৈ মযেক ওন্থোক্লবা হোৎনজরী)

অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

ইম্ফাল
১৯৮৭

লূপথখ্রবা হিনাউ
রাবীমচাশিংগী খোমজিনবা লাইবিক

অহানবা ফোঙবা/এপ্রিল, ১৯৮৭

অনীশুবা ফোঙবা/জুলাই, ২০১৩

অফোঙবা/অবিবম সপনা



কপি মশীং ৫০০

মখুম/নদিযাচান্দ, শর্মা আর্টস, ইম্ফাল

মমল লুঃ ১৪৫/—

---

নম্ফম/ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

## য়াওরিবা ৱারীমচাশিং

# ৱাহৈ খরা

মণিপুরী সাহিত্যদা খূদোল তমজনীংবা লৈচল কযা ঐখোযগী অইবশিংগী মফমদা লৈনববসু, মণিপুরদা থাঙ্গৈশেংবা পব্লিসার লৈতবা (লৈবিবা খবসিসু মমিংতা ওইনা লৌবা অমসুং শেল-থুমগী ভাব চপচানা লৌবিবা নত্তবনি) অমসুং ফোঙলবা টেক্সট বুক অমদি হেল্প বুক নত্তবা মৈতৈলোনগী লাইবিকশিংবুসু বুক ষ্টোলশিংনা যোনবিনীংদবা, যোনবিবা তাববসু অইবশিংগী চপচাবা পুক্নীং থৌগৎপিবা মওঙদা যোনবিবা নত্তবনা, মণিপুরী লেখকশিংগী অৱাবা ওইবি। অদুনা ইশাগী অনৌবা লাইবি ক ফোঙদোকপা ঙম্নক্তবা চহী মাপল হাযবক্রে। হন্দক পুথোকচবিবা লাইবিক অসিগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, ইম্ফালগী লাইবিক ফোঙবগী মতেং পীনবা কাইবা শেনফমদগী শেলগী মতেং খবদং ফংজে। মসিগীদমক একাদমীগী থৌ পুবিবিবশিংবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি।

পুথোকচবিবা লাইবিক অসি ঐ ইশাগী তবেৎসুবা লাইবিক্নি। লাইবিকসিদা যাওবিবা ৱারীমচা তবানিথোই অসি ইংকুমজা ১৯৮০ দগী ১৯৮৭ কী মার্চ থা ফাওবদা ইখিবশিংদগী খনগৎচবনি। 'হৱাউবুংদা', 'হঙোইগী লৈবাক্তা', 'লাইবক' অমসুং 'লিনগা হঙোইগা' (হান্না 'হঙোই খোংবদা' কৌবমই) ৱারীমচা মবিসিদি মণিপুরী চেফোঙশিংদা হান্ননা ফোঙখ্রে। খূৎই ওইবিঙৈদা ঐগী সাহিত্যগা শন্নবা মকপ মপাং খবদা পাদুনা যেংহঞ্জে অমসুং প্রোজ ক্রাফটসকী খবা হেন্না মপূং ফাবা মওঙ তানবা পাউতাক কযা পীবিবকই অমসুং বানান্নচিংবা যেংশিনবিবকই। মমল যান্নবা মতেং পীবিবকপগীদমক মখোযবু তৌবিমল খঙবা উচ্চবি। অদুগা লাইবিক অসিগী প্রুফ পাবগী থৌদাং লৌবিখিবা ঐগী ইনাও শ্রীথাংজম ইবোপিশক সিংহ অমসুং লাইবিকসি নম্বিবা পদ্মা প্রিন্তর্স, ইম্ফালবুসু তৌবিমল খঙবা উচ্চবি।

ইম্ফাল, ২৫ এপ্রিল, ১৯৮৭ ।। অবিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা।।

# অনিরকশুবা খূনম/ফোঙবা

'লুপথখ্রবা হিনাউ' ৱাবী মচাগী লাইবিকসি লাইৱক ফবদগী হাযগদ্রা, মণিপুবী সাহিত্য নুংশিবিবশিংগী থৌজান্দগীনি হাযগদ্রা, খৃ কুম ১৯৮৯ গী ওইবা মণিপুব সাহিত্যগী ষ্টেট কলা একাদমী মনা পীবিখি। মবমসিদগী সাহিত্য নৈনবোই অমসুং মণিপুবী সাহিত্য নুংশিবিবশিংন ৱাবী মচাগী লাইবিকসি অমুক হন্ন নম্নগা ফোঙদোকউ তাকপিবকপদগী অনিবক শুবা খুৎনমসি ফোঙদোকচবনি। অচিনবা মতমদা হাযজকৰবদা লমযানবা প্রিন্টর্সগী মেনেজব ইনাও মঙ্গি অমসুং মাগী স্তাফনা হবাউনা থবক পাঙথোকপিবক-খিবগীদমক লমযানবা প্রেসপু থাগৎচবী।

ইম্ফাল, ১০ জুলাই, ২০১৩ ।। চিত্রেশ্বর।।

শ্রীঅবিবম অঙৌবী শর্ম্মা, সঙ্গীত বত্ন
লৈখিদ্রবা পাবুংগী নীংশিং মুর্ত্তিদা কচ্চরি।

পঙলবা মচা
চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

# হরাউবৃংদা

—"ওজা লৈবিজাওবু নঙ্ খঙদ্রো ? হবাউবৈ জগোয তম্বীবদা মমিং শেগাক কাযনা চৎলদুবো।"

থাইবেম্মনা লৈবীকতোম্বীদা মমীৎও মনাও হাযবকখি। মাগী মতৌদুদা লৈবীকতোম্বীসু ইখঙ খঙ্দনা অখঙবা শাদুনা খুমই— "ও, মশা পাবা, মূনবং তৌবা, মশম শাংবদু নৎত্রো ?"

— 'মশম্বুদি শাংঙি, মশাদি পাদেদা নঙসু" থাইবেম্মনা খুম্মকখি। মহাক্না মখা তাবকখি— "ফবে অদু নঙবু জগোযসি যাওবদৌবা নৎত্রো ? ঐখোয লৈকাইগী পাখং লৈশাবী পুন্নমক তম্বা হৌনবে। নঙ হোবেল নুমিদাংৱাইবম শোযদনা লাকও।"

—"হোযনে হোযনে ঐখোয ইমাদা অমুক্তা হাযনখিগে, অদুগা লাকে-বা। তঙ্গখ্রে নঙসিমা নংহৌবরোইদৌনা ।" লৈবীকতোম্বীগী পাউখুমদু পেন্দমাক্লে থাইবেম্মনা খুন্নকই— "নহোয ইমাদদি কোন্না হাযবসু যাই, নঙগী জগোয তম্বদু হৌহৌবা ফৈদনা ঙসি নুমিৎ ফবিঙৈসিদা। কো নঙ হোবেল শোযদনা লাক্তবা যাদবনি।"

—"হোযনে, হোযনে, অদু নঙ হৌজিক ঐবু থিন্দোক্রবোইদ্রো ? ঐ থেঙখ্রে চৎলগে, অম্মাই ফাওবা থিন্দোক্রবোসে।" লৈবীকতোম্বীনা ৱা তেনশিল্লকখি। মখোয অনী মরেংজুম মরেংজুম থেংনবদুনা কবিনো খবা ঙাঙনবগা থোঙ্গাললোমদা থোকমিন্নখি।

নুমিদাংৱাইবমদা থাইবেম্মখোযগী শূমাঙদু পাখং লৈশাবীনা পীক থনখ্রে। মচী মচীদা অনী-অহুম চিবোন চিবোন তৌনৈ, পাখং খবা, লৈশাবী খবা। মবক মবক্তা খঙহৌদনা ৱা ৱা নোক্নবকই। খবা অমনা খোনফম ফজদবা ৱাহৈদা চৈনবকপা যাওই। মযাম মবক্তা ধোলক ঙকশমদা যানশিল্লদুনা ওজা লৈবিজাও জগোয তম্বীবদা চোকথবমাগ্লে তুমিন্না পোখাবি। মাগী পোখাবদু ধোলক ঙমশমদগী লৌথোকপা যাবগী মতাং অদুমক্তি যৌদ্রিমাগ্লে, ধোলক কন্না শেন্নবি।

লৈবিজাও চহী কুম্থবাগী নহানি। মহাক জগোযগী কলেজ অমদগী অনীশুবা থাক ফাওবগী মাযপাক্লবগী শকখঙ-চে পাযজবে। চেদুগী মতেংনা হৌজিক্তি মহাক লৈকাইগী উমংলাই হবাউবা মফম খুদিংদা জগোয তম্বীবগী মিংচৎ লৈবে। চহী খবসিদা হবাউবূং মশীং হেনগৎলকপগা লোযননা অনৌ অনৌবা জগোয পুথোকপদসু ওজা লৈবিজাওনা থবক চিনখৎলক্রি। হবাউবূং মফম থুংনা চেনবদা মহাক কলেজদা মখা তমথবা ঙমখিদ্রে। মশা ইৎপা ঙম্লবা লৈবিজাওনা শেল অমসুং পুন্সিগী মবেক মহাও চুপ্লদা মণিপুবগী সহব অমদি খুঙ্গংগী লৈকাই খূদিং থুংজিল্লক্লে। লাইবিক লাইশুদা থরায যাওদবা, হবাউ কুম্মৈ পামজবা নহাবোলশিং, শম্না ঈবাং পাম্বশিংদি লৈবিজাওনা তম্বীবা জগোয যাম্না পান্নে।

লৈবিজাওনা তম্বীবা জগোয মখলদি লৈম জগোয, খম্ব-থোইবী জগোয, জগোয বাসকী মচেৎ খবা, কবুই জগোয অমসুং নৌনা চঙলকপা ভাঙগ্রা অমসুং কথক মানবা মওঙ খবা অসিনি। জগোযশিং অসি লৈবিজাওনা লৈকাই অমসুং হবাউবূং মফম হোংবতনি জগোযদি হোংদে, অনৌবা ৱাবী অনৌবা খূৎথেক শাথেক হাপচিনবা লৈতে। মীশক মীশক্কী অপাম্বদা চুনবা চুনদবা যেংদনা জগোয তম্বীবা ঙম্বদি ওজা লৈবিজাওনি হাযনা মমিং চৎলি।

থাইবেম্মখোযগী অৱাংথংবদা হন্দক লাই অমা ফাওবে হাযদুনা লৈকাইগী নুপী-অঙাং ৱা-ৱা লাউনখি। মাইবী মাইবা অমসুং পেনা খোংবা কৌদুনা লাই লৌখৎপা। ইমা পাম্থোইবীনা চাকু-লনগুবিগে লাকপনি, ইমাবু হবাউ-তযামহল্লু হাযনা মাইবী লাইফাও তম্বদগী ইমাবু ঈবাৎ থৌনিদবা যাদে হাযদুনা লাই ফাওবিবা ইমুংগী যূম্বুবেলদু খা ৱাং কোযচেল চেল্লী। মীযায চনফাৎত্রিবা নুপীদু লৈত-

লাইবা নীংশিংদনা লাইবেম্বীগী মাইবীগী লাইবাউদা তূম্বা চাবা তোক্কুনা নেশা চূববা অঙাওবগুম মী খূদিংদা মাইবী-মাইবগী লাইপাউ তম্মী।

নুপাসি বিক্সা থৌদুনা শেল তাল্লগা ইমুং পুবনি। মাগী নুপীনে মচা মঙানে হোৎনবদা ইমুং মাঙ্গোল ৱাইশিং-ৱাইতৈবা ঙমজদে। কবিগুম্বা মতম ফংলগনা উনবা মী ফাবগা ৱাবী তৌবা পামজবী ইবেম্মনি। শগোল ফিগন্দা শাবা যুম মচাদুগী যেনখা অনীদি মী চঙবা যাদনা মোৎলি। মচাশিংনা নুমিৎ খূদিংগী অমাং অশোয অমোৎ অকায তৌশিনবদা মমীৎনফাওবা যেংলুদ্রবী মমানি। যুম পুবী অসিগী যুম্বাল লৈকাইদুদা অখন্নবা ওইনা পন্নে, ইখোলদুদগী মনা মশীং চাবা যাবা ফংবদি লাযবদুনা মবোই মকা অমা থৎনিঙাই লৈতে। অঙাং মপানা নোং ঙাল্লকপগা বিক্সা ইহোক্কুনা চৎখি। নুমিদাং তূন্ন- হীপ্পবা মতমদা হঞ্জিল্লকই। নুপানি হাযদুনসু নোংফাদোক মশা ঙম্লকত্রগা লৈবা নত্তনা যুমসিদা লৈজবা ফংদবনা ইখোল কোইবগী ৱাদি নীংশিংনদ্রে।

যুম্বুবেম্বীসু মপুবোইবা চৎখিবনা হৌনীংবা মতমদা যাহৌবা, মীঙোন্দগী লৈবাক্কী ঈ-পাও, মীশি মীনা থৌদোক ৱাথোক ষ্ট্রাইক, অন্দোলন, সবকাব শেম্বা থুগাইবা অমসুং হবাউ কুম্মেগী ৱাবীদা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাখিবা খঙহৌদে। মদুমক্লা মচাশিং মবক মবক্তা মশীং বাৎপা ফাওবা যাওই, মমান্নবশিংগী মযুমদা লৈথোকখিদুনা। ।যুম্বুরেল নুপাদুনা নুমিৎচুম্লা বিক্সা থৌকব্বগা ফংলকপা শেলদুনা মচাশিংগী চানবা, শেৎনবা অমসুং মহৈ তম্নবগী হোৎনববসু যুম্বুবেম্বীনা চম্ববিবা যুম্বানগা ওন্ন-তৈনবদগী অহোবনা হেঞ্জিল্লকই। ইমুংসিদা শান্তি লৈবকত্রে। মযুমদা পোত্থাবা হঞ্জিল্লকপা নুপাদা যুম্বুবেম্বীনা মশাগী অমসুং মচাশিংগী অৱাৎ অপা কযাগী ৱাকৎ থাঙ্গৎলকই। লৈকাইগী মচে মচনশিংগুম শেৎচবা ফংদবা, লৈজবা ফংদবগী ৱাবৌই। অসুম্না নোংমগী চবা অনীগুনা চাবা ফংদ্রবা ইমুংসিদা তত্তনা খৎন-চৈনবা থোক্রমই। অদুবু হন্দক মাইবীনা লাই ফাওবকপদগী ইমুংসি পূমওন ওনখ্রে। খৎনখিদ্রে, অমোৎ-অকাই লৈখিদ্রে, মী চঙবা হঙ্গোইন্নবম্বা ইমুংসে ঙসিদি মীনা অতৎ-অখম লৈতনা তিনখ্রে। চিনফেন ফবী যুম্বুবেম্বীদো মতম অমদা মপুবোইবগা চীন্দা পাউদানবম্বদগী হেঞ্জিন্দুনা মপাম কযাবক যৌকব্বদো ঙসিদি চান্ন-চীন্ননা অচঙ-অথোক ওকপদা নীংশিংনখিদ্রে।

হন্দক মতৈ-মনাউগী ইখ্যোন্নুংদা লাই ফাওবগী থৌদোকসি নুপীনা হৌবকপনি। অহানবদদি নুপাদু মপূক্লিং চঙলমদবনি অদুবু হৌজিক্তি মহাক বিক্সা থৌবা তোক্লগা লাইফম শেন্নদুনা লৈবে। নোংঙানবদা থুংলবা মীশিংগী অহান অকোন খাযবা, লাইবাউ তাবগী মতম লেপ্পা অসিনচিংবা থবক কযাদা যুম্বুবেম্বা অদুগী মথৌ চিনখি।

ঙসিদি লাই লৌখৎপা নুমিৎনি। চযোল অমগী মমাঙদগী ঙাইনবকপা বিক্সা থৌবগী লাইবুংদু মীনা পীক থনখ্রে। নৌনা শাবা লাইশঙদু মাইবী মাইবনা তাইবেল মনা পাযদুনা ঈশিং খীক্তোকই, অনম-অথৌ কোকই। লাইপুগী যুম কীম্ববা শগোল ফিগল অদুগী মথক্তা মাইক্কী খোঞ্জেন্না অবেপ্পা লৈতনা নিল্লক্রি। ইখ্যোলগী শেংদোকপিদ্রবা নাপী পূন্নমক মীযামগী থোঙপাক্তা লৈফুন ওনখ্রে।

ওজা লৈবিজাওগী জগোয পবেংনা শুম্মৎলবী শুম্মৎলবা নহা কযা মাগী মাগী ফিজেৎ লৈতেং লোইদুনা মথং মনাও ঙাইনবি। মাইবী মাইবসু মী যাম্না তিনখৎলকপগী মতীক লাইফাও ফাওবা, লাই তোংবা হেনগৎলক্রি। পেনা খোংবা ওজাসু মাইবী নহা খোন্নৌবীগী লাম্বা খূৎথেক শাথেক চানা খোংগৎলক্রি। লৈকাইগী মীযামসু লাই থৱায হকচাং যাওনা নীংজদুনা হৈব্দক কাবকপদা লাইবূং চোম্লক্লে। তশেং তশেংবা লাইদুমক উন্নববদি হাযনবা যাবা মহৈ খন্নবা যাবে। খূদক অদুমক্তদা খঙহৌদনা খাকি মচু শেৎপা কাংলূপ অমা হবাউবূং তম্না থোমজিল্লকখি। মখোযনা খূদক্তা মাইক খোংবা নুপা মচাদুগা লোযননা বিক্সা থৌবা যুম্বুবেম্বা অদু ফাবে।

মপুবোইবা ফাবদুদা মাইবী চঙনিং চঙনিং তৌববী যুম্বুবেম্বীদু লাইবুংদগী চেম্থোকচবকই। খাকি শেৎপা অচৌবদুদা হাযজৈ— "তামো। লাইগী থৌবমসিতদি কাযহনবিগনু, তামোনা চানবীযু, তাকপিবা খূদিংমক ইঞ্জগে।"

— "যাবোই ইবেম্মা। নঙ কনানো?"

— "ঐ যুমসিগী ।"

— "হাযবদি নুপাসিগী নুপীনি নৎত্রা?"

— "হৌজিক পুলিস ষ্টেসন যৌবগা খন্নবা নত্তনা কবিগুম্বা অমত্তা ঙমদে। মবমদি আইনগী ৱাংমদা ইবেম্মখোযনা লাউদ স্পিকববু লান্না শীজিন্নবে। অকোযবদগী কমপ্লেন লাক্রে ।"

— "পুন্নমক তামোনা থৌংজানবীবদা লৈরে, নচন ঐখোযদি কবিসু খঙজবা নত্তে তামো।"

— "কান্নববোই ইবেম্মা ।"

পুলিস অঙম্বগী ৱাহৈ মবক থৎনা যুম্বুবেম্বীনা হাযখি— "অমুক্তদি ঙাকপিযু।"

যুম্বুবেম্বীগী ৱা তাবমদনা খাকি শেৎপশিংদুনা বিক্সা থৌবা অমসুং মাইক খোংবা অনীবু মখোযগী গাড়িদা হাপকৎলগা পুখ্রে। পুং খবা হবাউবুংদু মবাং মবাং তৌবন্নগা ইচীক চীকখি। মদু মাইক খোংদবনবা নৎত্রগা কবিগীনো খঙখিদে।

মথংগী নুমিত্তা খোংবা লেপ্পুববা মাইকতু অমুক খোংগৎলকখি। ওজা লৈবিজাওগী জগোয প্রোগ্রামসু মথং মথং চৎথবকখি। অদুবু লৈবিজাও অমদি থাইবেম্মদি হবাউবুংদা উখিদ্রে। লৈবীকতোম্বীনা মমাদা তমখি—

—"থাইবেম্মদো ঐবু ফাবা ঙমদ্রদুনা মশামক ওজা লৈবিজাওগী লাংদা থুখ্রে। মহাক চেনখ্রে।"

হবাউবুংদি লেপ্তনা নিলহৌবি।

।।২৮ ওক্তোবব, ১৯৮৩।।

# হৌগী লৈবাক্তা

চহীগী ঈঙা কুমদম ঈশৈ পাঙথোক্লবা শীনবা হৌই লৈবাক্কী সভাদা চহী খ্বাইদগী পুন্সিববা হৌই পোবোবা লৈক্রক্লা সভাবতি ওইখি। লমদমসিগী হৌইশিংনা হাযজদুনা পুবকখিবা, নোয-চাউববা মোরে হৌই ঈপাকতাববু সভাগী অথোইবা অতিথি ওইহনখি।

সভাসিদা হৌই লৈবাক্কী যাইতোং খমদোংবা হৌই অযাম্বা তিনখি। ঈঙাগী কুমদম ঈশৈগী সভাসিদা চৎনবী ওইনা হৌই অহন অহন্না মকোক ফম্লে। তিল্লিবা হৌইশিংনা কুমসিদা খ্বাইদগী ঈশৈ হেন্না শকপা ঙমগদবা হৌই পীবাবেন খনগদৌবিবনি।

লুচিংবা হৌইশিংগী মনুংদা খা মাযকৈ পুবা হৌই লৌশী তাবা। মোইবাং লাইজিগী অথোইবা হৌই লোক্তাক ঙাকপা। নোংচুপ লমদাই ঙানবা বোবাকঙম্বা। কৌব্রু মাইকৈ ঙাকপা লাইমতোন ফৌকুংবা। অবাং পংখৈ পুবা শেকমাই ঙম্বা। নোংপোক থৌগাই ঙম্বা শিবোই তাবা অসিনচিংবা হৌই লুচিংবশিংনা মাগী মাগী হৌই থাগৎনবকই। হৌই অবাংবা, অশংবা মুব্রাওনবা অমদি ঙাঙলৈনবা মচু মচুগী হৌইশিংনি।

হৌই শভাগী মযায তাঙবন ফম্বনা যাথং তাউথববা মতুংদা মাযকৈ মাযকৈগী হৌই পুন্নমক মাগী মাগী অঙমবা খোঞ্জেল উক্তুনা ঈশৈ শক্লবকই। সভাদু পুমনিল নিনখি। মপানগী নুংশিৎ চঙবা ঙমখিদ্রে, মনুং মপান ফাওনখিদ্রে।

হঙোই খোঙ্জেন তান্নবদা অমনা অমগী মরা তাখিদ্রে। মমৈদদি কাঙবু কাঙবু মীচঙ চঙনবকপদা সভাদু পুন্নাঙ লাওখ্রে। হঙোই পোবোবগী শক্তি অবেম্বদা তাবে। মখোয মশেন খুৎ থোক্লবে, ইমু-নাইমু তানবে। সভা কাং-খোং চাইবদু উবকপদা অথোইবা অতিথি ওইবিবা মোবে হঙোইনা লাউবকই— "হঙোই লৈবাক্কী হঙোই পুন্নমক। নখোযনা নশাগী ইজ্জৎ ঙাকপা ঙমদ্রবনিনা নখোযগী ঈশৈ তাববোই, ঐনা শক্তি লৌশিল্লে।"

হঙোই পুন্নমক লাঙলম্বা তোক্লুনা মোবে হঙোইগী ৱাৱোন তাবকই। মহাক্না মখা তাবকই— "নখোয়না গুহা মনুংদা লৈবগা নখৌ পোঙনা খোংনবদু ঐ তানীংদে। হৌজিক লমদমসিদা ঐগী কাঙলুপ থাজিল্লগনি। নখোযনা মকোক থোংবা তান্নবা, নবিংজেন-নবৌশিংদি যাওদনা লুচিংবা ওইনীংবা, শূবা-নোম্বদি তল্লগা ৱাদনা নুংঙাইনীংবা, নখোযগী নবমচৎ পুন্নমক ঐ লোইনা খঙলে। হৌজিক্তি নচীন কাঙলকপা খূদিংমক ঐনা মেনশিল্লগনি।"

মোবে হঙোইগী ৱা তাবদা সভাপতি হঙোই পোবোবনা মখূৎ লোন্নবদুনা হাযজবকই— "যাইফবেন যাইফবা, ননাই লমহেনবশিং ৱাবকপিববসু ঐ অমদি ঐগী কাঙবুতদি ঙাকপিযু। অৱাফমদা তাহনবিগনু।"

"তুমিন্ত্রেযু নৱা তানীংদে। চোংনীং চোংনীংবা মায়কৈদা চোংবা নশাগী ফিবেপ লৈতবা, খুদোংচাবা ফংনবগীদমক নহাকসু নঙগী কালূপ থাদোক্লুনা ঐঙোন্দা চঙজখিবা নৎত্রা? হৌজিক ঐনা কনাগীসু মৱা তাববোই।"

হঙোই পোবোবনা মাগী হাযজবা ৱা তাবিদ্রবদা শাউবদুনা মবীন ফুদোবকই— "মদু ঐখোয যাবা ঙম্লোই। নাগবিক অমগী নীংতম্বা সংবীধান-না পীবি। ঐখোযগী ইবমদম ঐখোযনা ঙাকচগনি। লমদমসিগী পাৎ, তুবেল, পুখ্রী অমসুং খোংবাল অমত্তদা মীবম মচানা খুৎ থিংজিনবা যাবোই। হঙোই লৈবাক ঐখোযগী ইপা ইপুশিংনা শেমজবম্বনি।"

"ইপা ইপুশিংনা শেমজবম্বনি। ঐখোয কনাগীসু মখা পোল্লবোই।" হঙোই পোবোবগী ৱাহৈ শৌগৎলদুনা হঙোই লৈবাক্কী হঙোই নহা অহল খোঙ্জেল অমত্তা ওইনা লাউবকই— "হঙোই লৈবাক্কী জয। হঙোই লৈবাক্কী জয ।"

হঙোই মযামদু লাউবম্বদগী মোরে হঙোই তন্না মাযকৈ মবিদগী ফূজিন্নবকই। মখোযনা চোং ফম্লদুনা লাউবকই— "মোবে হঙোই— পামদে, নবৈবাক্তা— চৎখ্রো, মোবে হঙোই পামদে ।"

মোবে হঙোইনা মনাতোন মযাদা থুংবা ফুগ্রি মচা অমা অনী শীক্লাযদুনা মশাগী ঈ খবদং থোকহল্লগা লাউবকই— "ঐগী খোঙলোই পূন্নমক মতম ওইবে ফূজীগ্লো, স্বা ।"

মোবে হঙোই লুচিংবগী ৱা তাবদা ঙসাই মখৈ পানখোক্লা মবক্তা লুমদুনা লৈবম্বা মোবে হহোই মযাম চোংশিল্লক্লুনা হঙোই লৈবাক্কী সভাদা তিনবা হঙোই পূন্নমক ফুগাযবক্লে। ঈখেং তাববা হঙোই পূন্নমক মথৱায হিংনবা শমজি থাইদুনা চেন্নবক্লে। মবাইবক থীবা হঙোই কযাগী মথৱায যাওদ্রবা তোংশা কযা ঈহিং নাহিং মবক্তা তাদুনা লৈহৌই।

ঈবাং নেমথবকপদা হঙোই লৈবাক্কী খুঙ্গং লৈকাই পূন্নমক্তা নোয চাউববা মোবে হঙোইগী কাঙবু-কাঙবুনা মখুত্তা খুৎলাই পাযবদুনা লম হেনবা হঙোইশিং থিবা কোযচৎ চৎলকই। অহীং নুংথিল লেপ্তুনা হঙোই খুল্লক্তা চঙশিল্লকপা মোবে হঙোইশিংনা তাঞ্জা ফংবদা মচী মচীদা মকম কোকশিল্লম্মী। অসুন্না হঙোই লৈবাক্কী চীং-তম, পাৎ-তুবেল অমসুং পুখ্রী খোংবান শীঙ্খুংনা মোবে হঙোইশিং শন্দোবক্লে। হৌজিক্তি হঙোই পোববোবগী মৱা মখোন তাখিদ্রে। হঙোই লৈবাক্কী হঙোই অযাম্বা শিবা কিবদগী লুব লুববা লৈক্রক মনুংদা লোক্তুনা লৈনখ্রে।

মতমসিদা মোরে হঙোইনা মখৌ পোঙলদুনা লাউবকখি— "হঙোই লৈবাক্কী প্রজা পূন্নমক নখোযগী হিংবগী চূপ্পী ঐখোযগী খুত্তা লৈ। নখোযনা ঐখোযবু মাযথীবা পীগে খল্লবদি থবক কন্না নোম্বা তম্মু। চাওখৎপদি শিনশঙদা লৈবনি। নখূৎ যাওদনা চীন্দনা চাওখৎপা যাবোই। নখোযনা চোং ফন্দুনা লৈবাক্কী ইজ্জৎ পুবক্কনি হাযবদু নমঙদফাওবা থাজরুগনু।"

মোবে হঙোইগী পাউজেল তাবদা হঙোই লৈবাক্তা যেলহৌঙৈদগী লৈমিন্নবক্লবা হঙোই শেম্পাক্লা লম্মন খুন্নীংবগী ইথিন্না খাঙঙমদ্রদুনা ৱাবক উবক্তগী লাউবকই— "চেকশিল্লু, চেক-চেক চেকশিল্লু। নোংমদি ঐখোযগী অমত্তা ওইবা লিংজেলনা লৌনম চাউবা মোবে হঙোই নখোযগী নঙক কন্নবা

নকোক্তু যৈখায়গনি। ইমা লৈবাকপু নখুত্তগী মুন্দুনা মনীং তমহনখিগনি।" হঙোই শেম্পাক্কী ৱাহৈ তাবদা হঙোই লৈবাক্কী হঙোই পুন্নমক লৈকু লৈবাইনুংদগী খুন্নকই— "ঐখোয় লৈবি, ঐখোয হিংলি।"

।।১২ ডিসেম্বর, ১৯৮৪।।

# লাইবক

*খাইবম্বন্দ কৈথেলগী ফৈজুপ কান্ধ যোনফম, নোংপোক চিদাইদা কান্ধ যোল্লিবী,* চন্দন অমুবা থীনবী, মুনবং তৌবী, চহী হুম্ফু খবা হেল্লবী নুপীদু ইনে মাযপাক্নি।

ইনে মাযপাক্তি নিংথৌরোল অহুম পুন্সীরে হাযনৈ। মহাক্না অঙাং ওইরিঙেদা নিংথৌ চুডাচান্দ লৈখিদে হাযনা ঐখোযদা তমখি। ইনে লৌবা মাম্মনা লৈখিদবা চহীদুদা ইনেবু ঐখোয পাবুংনা যুমদা লৈহনখি। চহীদুদা বোধচন্দ্র মহারাজসু লৈখিদে। ইনেনা লুখ্রা ওইহৌবা মতমসি চাওবাক্না মশাগী চহী কুনমাথোই অদুরাইদনি হাযনৈ। মবাইবক থীবীশিংগীলক্তা ইনে মাযপাকসু অমনি হাযনিংঙি। মাম্মদুগা লুহোংলবা মতুং শুপ্নগী চহী অনীতমক লৈমিন্নখি হাযনা ইমানা তম্মী। ইনে মাযপাক্কী মচা লৈজদে, মাগী হাযববু ঐখোয ইমুংনা লোইবে। মাম্মদু লৈখিদঙৈদগী মখোযবোমগা ঐখোযগা তপ্না তপ্না লাপথোক্লবকখি, হৌজিক্তি পূমতৎ তৎনবে।

ইনে মাযপাক্না লুখ্রা ওইজববসু মাগী নহা ওইবিঙেগী পুন্সীদা থোইদোক্না মনম চাউখি। *ঐনা অঙাং ওইবিঙেদা ইনেগী থৌজান ঙাইজবা নুপা কযাগী চিঠি* অমদি ঈ-পাউ পুবদা শেল যাম্না ফংখি। অদুবু মখোয খুদিংমক মাযথীখি। ঐনা জ্ঞান খবা তাবক্রবা মতমদা নোংমা ইনেগী মমান্নবী কবোক্লেনা হাযখি— "ননেগা লৈখিদ্রবা নঙগী মাম্মদুগা যাম্না চান্না চিন্ননা অহল লমন হাযনা শীংনদুনা লুহোংখিবনি। মবাইবক থীবদি ননেগী শকক ওইহৌবে, ননেনা মাগী পুন্সিদা অমুক হন্না মযুম পাল্লবোই হাযনা রাশকখি।"

অচুম্বনি, ইনে কবোক্লেনা হায়খিবদু, নুংশি কাযনবগী চৈনা খাঙবনা লৈখিদ্রবা মাম্মবু ইনেনা নীংজবগী অশেংবা খূদম ওইফম থোকই। ঙক্লিবদি ইনে মাযপাক্লা মাম্মবু নীংশিংদুনা নৎত্রগা শোন্দুনা নোংমতা মমীত্তগী মপি শীন্থখিদে। ঐখোয়না উদবা অচীকপদা মতোমতা কপ্লমগদ্রা মদুদি খঙদ্রে। মসিদা মহাক রাদে হায়বদি ঐ ঙন্নোই, মবমদি ইনেনা লৈখিদ্রবা পাবুং অমসুং মাম্মগী চহীগী দিন থোকপদা লাই খুবম্বা চঙখ্রগা লাইমাঙদা ও-খোংনা কপচৈ, কবিগুম্বদা জ্ঞান মাঙনা রাম্থখিদুনা ঈশিং চাইদুনা লাক্লবা যাওই।

মতম অমদা ইনে মাযপাক্লা কান্ধ তূবগী রাবী ঐখোয লৈকাযদা লীনখি। মহাক্লা কান্ধ যোল্লুবা হল্লকপদা নুমিদাং পুং নীপাল মাপল তাই। মফি হোংদোকপগা মাগী লৈবকপদা ঙাযবিবা লশিং মযামদু কপ্‌ত্রেং মখোন হৌবদুদা পবপ পবপ তকথোকই। মাগী কপত্রেং মখোন্দি যুন্নোন মঙা তবা তাবা ফংঙি। ঐনা নুমিদাং কোয়থোকলুবা হঞ্জিল্লকপা খূদিংগী ইনেগী চাক শরুক খাক্লুনা লৈবম্মী। ঐনা ইনেদা চাক চামিন্ননবা হাযববতুংদদা মহাক লশিং তকপা তোক্লুনা মচীন্দা "ঐগী থবক্তি লোইহৌদ্রে, ইযা হল্লকপনা হাক্লে" হাযনা শোঞ্জবগা মখূৎ হামদুনা চাক চাবা চঙলকখি।

ঐনা নোংমদি চাক চামিন্নবিঙৈদা ইনে মাযপাক্তা হাযখি— "ইনে নঙগী কান্ধ যোনবসি তোক্লোবা। চাকসিফাওবা নোংমতা ফোঙ-ফোঙ শানা চাবা ঙমদে, কনাগীদমক্লো ইনেনা অদুক রানা শূবিসিবো?"

"অঙাওবা। নঙগীনিনে, নঙগী।"

"হেবা, নাতৈ চাদেদা। ঐগী কৈদৌদৌবিবা?" — ঐনা ইনেগী পাউখুমদা যেৎখি।

ইনেনা মখা তাবকখি— "ঐনা শূবিবসি ইযাগী মহৈ তম্লবনে। নঙনা হযেং মীরৈবাক্তা মহৈ তম্বা চৎপদা পীনবা শেল তানশিল্লিবনে। অদুনা ইবোচাউবা নঙ ঙাওশিন্নবা যাদে, নীংথিনা নহৈ তমগদবনি।"

"ইনেনদি হাযবিবা, ইমান্নবশিং মমাঙদা ঐ ইকাই। ঐখোয পাবুং লৈবিসিদি, ঐগীদমক অসুক যাম্বা লৈনা লৈনা ইনেনা কবিগীদমক অদুক রাকগদগে, কান্ধ যোনবসি খবা লেপ্পনা চুম্বনি ইনে।"

ঐহাক মখা তানা ইনেদা ঐগী পেন্দবদু ফোঙদোকখি। অসুন্না ইনেগা ঐগা মবক মবক্তা মরৈ যেথনৈ। নোংমদি পাবুংসু ঐগী রাহৈদা পাংশিন্নদুনা হাযবকখি— "নয়ানা হায়বসু হায়বনি মাযপাকপী। নঙগী কান্ধ য়োনবসি তোকও ইবেম্মা। ইবুং যেংবা রাবে। নঙগী কবি রাৎপগে? ঐ লৈবিদনা। হৌজিকপু কনাগীদমক্লো নঙনা শূ-নোমগদৌবিবা? শূরুন্নু, নুংঙাইনা লৈথোকউ।"

"মতম ফবিঙেসিদা ঐনা ঙম্বা খবা হোৎনবগা ইবোচাউববু মী ওইনবা শেম্বদা ঐসু অঙম্বা মতেং পাংগে খঞ্জবনি।"

পাবুংগী রাহৈদা ইনে মাযপাকপীনা রাখল তৌনা মখা তাবকখি— "খঙদে, তাযাইমনা হাযবিবিবদুগা ঐনা খঞ্জবগা খবা ওন্নবে।"

"কবি হাযবা?" —পাবুং খোন কনখৎলকখি। "ঐ লৈবিসিদি মাযপাকপী। নঙনা নযা নুপা নুংশিজবা কাযদে, অদুবু লৈকাই মমাঙদা ঐবু যোনবদি তোকপা ফৈ হাযবনি। নঙনা কান্ধ যোনবদা কৈরোই লৈকাইসিনা ঐবু কবি ঙাঙনৈ নঙ খঙব্রা?"

রাহৈ খবদু হাযবন্নগা পাবুং চৎখি। নুমিত্তু ঐখোয় ইমুং ইচীক চীকখি। ইনেসু কান্ধ তুনবা লশিং তকপা অমদি অতৈ থবক অমত্তা তৌখিদে। নোংমা/নীনি কৈথেল কাবা লেপ্লবগা "লৌশিন্নবা লশিং খবসিদি যোম্ভোকউখিগে ইনম্মা" হাযদুনা ঐখোয ইমাদা হাযবন্নগা অমুক ইনে মাযপাক কান্ধ যোনবা চৎখ্রে। মদুদগীদি হান্নগুম ইনেগী থবক মখা চত্থখি।

হন্দক্তি পাবুং রা ঙাঙখিদ্রে। মসিগী ওইবা যাবা মবম কযা লৈবম্বা যাই, পাবুংনা ইনেবু শাউবগীবা নৎত্রগা ইমানা পাবুংদা হাযখিবা "নচন্না কৈথেল খবা খবা কাজবসি মহোয পাবুংনা থিংবীরে হায, মদু তৌবিগনু।" ইমানা মখা তাখি— "তশেংনা হাযববদা মাগীনি হাযদুনা মচা অমা, অঙাং অমত্তা লৈতবনা অরা পোত্থাফম লৈজদবনি। নোংমগী খবা শূজ-নোমজবগা কৈথেল ঙহাক কাজখিবনা মাগী অরা অনা কাউজবিবনি। মাগী মতৌ যেংবা ঙমদে, থিৎ যেংশিনবিরুবনু।"

"যেংশিনবগী রা নত্তেনে নুপী!" —ইমাগী রাহৈ তাবদা পাবুংনা খুন্নকখি, "নখোয়নদি খঙদ্রিবা, কৈবোই লৈকাইসিনা মাগী অশেংবদু খঙবিদে। মখোয়না করি হায়নৈ নঙ খঙব্রা?"

"কবি হায়নেগে, মখোয়না হায়নিংবা হাযজসনু, তাদৌবা ঐখোয়না তাবিদ্রগা লোইরে।"

"মদু য়াদেনে। লুখ্রা ওইরিবী মৌনহা অমনা নুমিৎ খুদিং কৈথেল কাদুনা অমম অথেঙ চৎলবদি মদুদগী অথীবা মিংচৎ থোক্লকপা মশানা তাবনি। অসিগুম্বা লমচৎ নাইদবগী পাউনিংখোন ঐ তাবা য়াবোই।"

"কনা কনানো ইচনবু ওক্তবীশিংদা চন্নবা পাউথোকপিবিশিংদুবো?" — ঐখোয ইমা শাউগৎলকই, মখোন নীক্লক্রে, পাবুংদা ওনশিন্দুনা ইমানা লাউবকই — "নুপীগী লমচৎ নুপীনা খঙবনি। ইচনগী লমচৎ ঐ চপ চানা খঙঙি। মখোযনা কল্লক্লনা ইচনবু মাঙনবা শীল্লিবনি। ঐনা চহী অসুক কুইবা লোযনদুনা লৈবকপদা নোংমতবু মমীৎ কাবল যেংবা থেংনখিদ্রি।" ঐখোয ইমা তপথবকই, মহাক্লা অরোইবা ওইনা হাযবকখি — "মহোয পাবুংনা মীগী ওইদবা চীঙ্ঘোক থাজবিববসু ঐদি থাজবা ঙম্লোই। অমনা ওকত্রগা খুদিংমক চেঙ্গগদবা নত্তে। ঙাঙলিবা মীশকশিংদো কযা শেংলম্লোই অদুননি।"

"নঙগীসি ঐবুসু যাওবেনে, নৎত্রা?" ঐখোয পাবুং ইমাগী অশীংনবা রাফমদুদা পাউখুম পীখি — "ফবে ঐ ঙসিদগী মাগী মবমদা রা অমত্তা হাযখ্রবোই, মতুংসিদা ফত্তবা রা থোক্লকপা খুদিংমক নঙোন্দা তাইনগদবনি।"

"মহোয পাবুংনা অপাম্বতা তৌবিয়ু। ইচনগীদমক ঐ লৈবি।" ঐখোয ইমানা মখা তাবকই — "ইচনসি মবাইবক থীবে হাযদুনা উববসু উশিন্নদা, খঙ্লবসু খঙ্গশিন্নদা লৈবিগেদি হাযদদুনা, মবানসু লৈতনা মবান থিনবা হোৎনবিবদু ঙম্বু ঙম্মিনে ।"

"খঙদ্রে নখোযনা থোকপা তৌবো।" হাযবম্নগা পাবুং থোকখ্রে। ইমাগা পাবুংগা মবৈ যেৎনবদুদা ঐগীসু হাযনীংবা কযা লৈখি, অদুবু হাযদোকপদি ঙমখিদে। তশেংবমক ইমাগী মফমদদি ঐ থাগৎনীংঙি। মখোযনা ঙাঙনখ্রিবা রাফমশিংদু কবিগুম্বা ইনেনা তাবম্বা থোক্লবা, মহাক কবি খনখিগনি। মদু ইনে মায়পাকনা তাখিববা তাখিদববা খঙদ্রে ইনেগী কান্ধ যোনবসু লেপখিদ্রে, ইমুং-মনুং ঈবাং তৌনবসু তোকখ্রে।

ইনে মাযপাক্লা কান্ধ তুবগী ইতিহাস নৈনববদি অচৌবা পন্দুপ ওইগনি। মহাক্লা পুং অমা তাবফাও তুমদমখৈ তক্লিবা লশিংদু নোংঙানবগা লশিং কাপোন্দা হাগুনা হুইত্রি অমনা তীং তীং কাপথোকই। অযুক পুং তবেৎ নীপাল অদুরাইদা অম্বাপ্পা লশিং অদু খবং অমদা উচান মৈ থাদুনা মৈখুদগী মচু শঙঙি। লশিং মচু শঙবগী মতাংসিদনি ইনে মাযপাকপু ঐনা লক্লখিবদু। মহাক্কী ঈ থাংলবা কুচুগী ফজববা শকফমদু উচান মৈখুনা মুশুক মুখি। ঐনা মাবু অহানবা উবা নুমীত্তা রাঙ্ঘমখৈ নোকখি। ঐনা ইনেবু যেংলা যেংলগা নোকপদুদা মহাক শাউবকখি। ঐনা নোকপা তোকত্রবদা থবক রাবগী অশাওবগা লোযননা ইনেনা চৈবকখি— "চাউবা। কৈকান ঙাওশিন্নবিনো? ইহি হিগৎলদনা।"

ইনেনা শাওব-শাওবগা ঐগী নোক্লিংবসু হেনগৎলকখি। মতুংদা ইনে মাযপাক চান্নবা শাওবদুনা রা ঙাঙখিদ্রে। ঐঙোন্দা ফাওবা যেংখিদ্রে। ঐনা ইনেগী অশাউবদু থেমজিন্নবগীদমক শেংদোক্লবা শকযেং মিংশেল অমা লৌকুবগা ইনেদা য়েংহনখি। মহাক্লা মাগী তেঙ্গালি চুববা মাযথোঙ উজববদা ঙসাইমখৈ শাওবম্বদু তোক্তুনা ইশি শিনা নোকথোক্লকখি। অদুগা ইনেনা হাযবকখি— "থীদা অঙাওবসিদি ।"

ইনেনা নোংকপদু কযাদা বাশি লৈখ্রবা। মাগী মীনোক উবদা মশুং মমান্নবা কম্বাগী থম্মোয নুংঙোনখিদুনা মতম অমদা ঐনা শেল কযা ফংখ্রিবনি।

ইনেগী থবক্তি নুমিৎকী খোঙচৎকা তান্নবনি। লশিং শঙবা লোইবগা কান্ধ ফীদক মচু শঙঙি। ফিদু চনাং লাক্তুনা ফৌদোক্লিঙৈদা মহাক ইকাজদুনা চাক থোংনবা নৎত্রগা চানবা হোৎনৈ। চাবা-থকপা লোইবগা কান্ধ থাদুনা নুথিল চুপ্পদুদা তুবা লোইশিল্লি। কান্ধ তুবা লোইবগা ইমাগী মতেং পাংদুনা নুমিদাংগী চাকখুমগী থৌবাং লোইশিল্লম্মী। অসুম্না নুমিৎ খুদিংগী ইনেগী থবক লেপ্তুনা চখৈ।

ইনে মাযপাক্কী হোৎনজমন্না ঐগী হেন্দিক্রাফটস ডিজাইনগী ট্রেনিং চৎলমদাইদা লূপা লীশিং অমগা চনী পুথোক্লক্তুনা মানা রাশকখিবদু চপ চানা

ঙাকখি। শেনফম অদু ইনে মাযপাকতদি থোইদোক্লা যাল্লবনি। কবল্লা শেনফমদু তৃংশিল্লম্বনো হাযনা ইমুংগী মী পূল্লমক্লা ঙক্লখি। ইনেগী শেনফম অদু ঐগী শীজিন্ননবা পীবক্লবসু পাবুংনা যাখিদে। মমৈদা ইনে মাযপাক্লা ঙমদুনা তঙাইফদনা লৌশিনবা তাখি।

ঐনা ছুটি থোবকপা খূদিং ইনেগী পোৎশক অমমমদি তল্লম্মী। পোৎশকশিংদুগী মবক্তা মুগা ইন্নফি অমদি লীক-কোন কযা যাওখি। মদু পূল্লমক ইনেদি অমুক্তা শেং-ইল্লমদ্রে। অক্ন-অহেনগী পোৎ খূদিংমক ঐগী লুহোংবা মতুং হুন্নী শুবদা ঐগী নুপীগী খুদোল ওইনা পীবকপদা পোৎশিংদু মশাগী অহান্নবা খূৎফম কাযবমদ্রি। ঐহাক খন্দবা ঙমখিদে মবমদি, ইনে মাযপাক্লা কবিগীদমক্তা অকে-অমৌগী ফি-বোল, পোৎলম অমদি লীক-কোন শীজিন্নখিদবনো? ঐহাক্লা নোংমদি মসিগী মবমদা ইনেগা চীক্লা ৱাবী শানগে খল্লি অদুবু অদুগুম্বা খূদোংচাবা নুমিৎ অদু অমুক্তা ফংলকত্রি।

চহী খবগী মমাঙদা পাবুং লৈখিদ্রবসু ইনে মাযপাক্লা ইমুং-মনুংগী মশী-মপা শক্তুনা লৈবকই। মতমদুদা ঐহাক্কী পূক্লীংদা চিংনবা লৈবমদে, অদুবু ঙসিদি থম্মোইদা খাঙঙমদবা চৈনা অমা ফাওবক্রি। ইনে মাযপাক কৈথেল কাদবা ঙসি হুন্নী শুবে। মহাক চহী খবসি কান্ধ যোনবা তোক্লবসু মশাগী হৈনবী ওইথ্রবা কৈথেল কাবদি তোক্লক্তবনি। নুমিৎ খূদিংগী নুমিদাংৱাই ঐ নৎত্রগা থোইদুনা গাডীদা ইনেবু খ্বাইৱম্বন্দগী লৌকই। অদুবু ঙসিদি ইনে মাযপাক ফমূংদগী লেঙদ্রে। মযাদা ঈশিংফাওবা তাবা যাবক্তবা ঙসি নীনি শুবে। ডাক্তবনা নোংমা নীন্নিসি চেকশিন্না হোৎনসি হাযবম্মী। চহী খল্লুববদি লৈবা যাবি, অদুব পাঙ্গিনা পীবিবা লাংফমগী খল্লুবদা চিংনদবা ঙমদে। খঙদ্রে, ইনে মাযপাক্কী লাইবক্তা কবি তন্নিগদবা

নুমিদাংৱাইৱম ওফিস্তগী হল্লকপদা ফি বোল হোংদোকত্রিঙৈদা ইনে মাযপাক্লা ঐবু কৌবি হাযদুনা ইমানা হাযবকপদগী মাগী হীপফম কাদা চঙলুই। ইনৈনা মাগী ফম্মাঙদা লৈবিবা মোবা অদুদা ফম্মু হাযদুনা ঐবু ফমথহল্লি। লোংনা

হিপ্লম্বদগী যাওন্দুনা চেপ্লগা ঐঙোন্দা চোৎলবা মমীৎ অনীদুনা মুনা য়েংলগা তপ্না তপ্না হায়বকই— "চাউবা, ইনে বা অমা হাযগে। হংচিৎসে নুমিৎ ফৈ, য়ুমশকৈশা নুমীথনি, নঙগী মাম্মনা লৈখিদবা নুমিৎসু হংচিৎসি থোকই। ইনেদি হংচিৎসিদা ইস্তদেবগী খুয়া ফংনিংইনে ইবুংঙো ।"

ঐহাক ইনে মায়পাক্কী বা মখা তানা তাবা ঙমদ্রদুনা মপান্দা পবপ পবপ থোবক্লে। ফমশেন্নবিবা ইমাদি ইনেগী বা তাবদা মখোল থোক্লা কপহৌই।

চহী অসুক কুইবসি নোংমতসু লৈখিদ্রবা মাম্মগী মবমদা বা অমত্তসু পনখিদবা ইনে মাযপাক্লি। ঙসিদি পুক্লিগী লোইবমদাই মীৎকুপ যৌবক্রবদা মাগী মযামক্কী মফমদা কযাদা ইতিং তিংনা হাযদোবক্রবা।

।। ফেব্রুবারি, ১৯৮৪ ।।

# কোম্বিং ওপরেসন

মফম ঃ পিবা পল্লি, হেবোইন লৈকাই।

মতম ঃ অযুক পুং ৭, অহল্লোন কযাগী চা পাম্নবা মতম।

নহাবোল অযাম্বনা যার্দা পান চীল্লোক্পবা তাঞ্জা।

দুকান— উপু দুকান, পান দুকান।

হুম্ফুত্তবাগী মীরৈবাকমচা রাথোক্তা চোংখৎলকখিবা উপু দুকান পান দুকান। লাইবিকহৈববা থবক ফংদ্রিবা নহাবোন কযাগী আশা কযানা থল্লবা দুকান।

অযুক্কুগী যাহৌঙনবা মীশক কযা, মোর্নিং রাকিংদা পুন্সি নিবিবা লাইমন হৌববা পেন্সনরবশিং, শান্ন-খোৎনবদা থরায কৎলবা প্রাক্তিসনব এথলেৎশিং। ধূপ আবতিদগী হন্নবকপা শ্রীগোবিন্দগী ভক্তা বৈষ্ণব নুপী-নুপা পূম্নমক তিল্লে পিবা পল্লিদা।

হৌখিবা অহীংগী মিড-নাইট ওপরেসন অমদা চৈথেং ফংলবা দুকানশিংগী শক্তম যেংবদা পুম্নমক্কী পূক্লিং চিংশিল্লী। দুকান খবনা নালাদা চেপ্পা-ফৈন্না তাবি। দুকান অমা অনীসু থোঙ কাওথেকপিবল্লদুনা, ফক্লাং হোগাযবিবল্লদুনা ইচাই চাইনা তাবি, লেপ্পি। পূম্নমক্কী মথক্তা 'চীংলেন কোর্নব'গী উপু দুকান্দি ফক্লাংগী উপাক্তা, মথক কূপ্পা তিন খবদুগা নাকনগী খোংবান্দা চোইনা তাদুনা লৈবে, উপু দুকান লৈত্রে। দৃশ্যদুবু যেংলিবশিংগী মবক্তগী অমনা হংলকখি— "দুকানগী ফীভমদি ফজবে, দুকান্দাবশিং কমদৌখি?"

"অশি-অনা য়াওদবা?" —অমনসু পাংশিল্লকখি।

"শিবদি খঙদ্রি, শোকপদি যাওখি।" অমনা খুন্নকই— "চীংলেন কোর্নবগী শান্তিকুমাব চীংলেম্বা ফাখ্রে, হৌজিক ফাওবা থিবা খঙদ্রি।"

"ওহ্লোকইদা অঙাংদু ফনা ফবনি। মানা কবি লাম্নুদুনা দুকান থুগাযবিবতা নত্তনা মশা ফাওবা ফাবিখ্রবকো?" —বৈষ্ণবীদু মচীন্দতা ঙাঙবা নত্তনা মখুত্তগী নির্মল্য অমত্তং "চীলেন কোর্ননব' গী থুদেকপিববা পান দুকান্দুদা থাদবকই। নির্মল্যগী মথংদা চর্নামৃতসু চাইথোকপিবি। মহাক্না মখা তাবকই— "শান্তিমানা যাম্না ৱানা মাগী মরূপ অমা যাওজদুনা লূপা লীশিং অনীখক ফংজবদুনা মচাগী দুকানসি লেপচবনি। মরূপকী শেলহুনবু লোইদ্রিনে। লাইববদা লাই চঙবাইদু ওইবে, ওহ্লোকপা দশানিদা ।"

অহানবা মী চৎনখি। অনৌবা মী থোমজিল্লকই। অতেকপা দুকানশিংনা নালাদা তাবি, মনুংদা লৈবম্বা পোৎযামশিংদুনা অকোযবদা ইচাই চাইনা তাবি।

বি এ দা মকোক লেপখিবা শান্তিকুমাব। দুকান ফমঙৈগী চীংলেম্বা। সবকাবগী থবক ফংদ্রবসু দুকান অসিদা পুঞ্জি লেল্লগে আশা থমজখিবনি। মহাক্না শাবম্বা ৱাবীদগী খঙহৌবদি দুকানসি শাবদা পুন্না লুপা ১১৪০ ৮০ চঙখি হায। পান দুকান অমদা চঙবা চুরুট-বেড়ী, মৈখেৎ, খৈনী, মিঠাপতি মনাগী যার্দা পান, এক্সো বীস নৎত্রগা শাদা-মছলা, মতমগী চৎনবী পোৎচোই খুদিংমক ৱাওনা থমখি। পোৎ যোনবদা মীযাম চিংশিন্নবা বেডিও, কেসেট বেকোর্ডব অমসুং স্পিকব বোক্সনচিংবা মীৎকুপ্পদা পুন্নোই লোইখি। শান্তি বক্ষাগী ওলিবগ্রিন অমসুং খাকী মচু শেৎপশিংগী শক্তিদা 'চীংলেন কোর্নব' মমিং মূৎখি।

অচুম অবান থিগৎলুবগী মহুত্তা লীচৈ, বট, খোঙউপ কুটকী খোঙপাক অমসুং খুত্তুম কিল, পীবা যাবা পীশিল্লবা মতুংদা শিবা চঙবা খঙদ্রবা চীংলেম্বা, গাড়ী মনুংদা লংশিনখি। হৌখিবা অহীংদগী হৌজিকফাওবদা মাগী লৈফম থিবা ফংদ্রি।

হৌখিবা ওপবেসনগী মতুংগী দৃশ্যদা ঙক্না যেংনবিবা মীযাম তিনফমদুদা হোকবনা পাউ-চে পুবকই। মীযাম্না লৌদুনা পাবা হৌনবকই। পাউ-চেগী অহানবা লামাযদা মযেক চাউনা যাওবম্মী— "পিবা পল্লি (হেবোইন লৈকাই) দা শান্তি বক্ষাগী মীওইশিংনা লান্দাখ্রে।" চেদুদা মখা তানা ইবি— "পিবা পল্লিগী অতৈ

পোৎ যোনবা দুকান অমসুং পান দুকান অযাম্বনা মীওইবগী পুক্সী মাঙনিঙাই ওইবা নেশা হাযবদি— মেন্দ্রেক্স, হেরোইন 'নম্বব ফোব' অমসুং মোর্ফিন্নচিংবা যোল্লি। মফমসিদা অহীং নুংথিল লেপ্তনা লাউদ স্পিকব লান্না শীজিন্নে। মসিগীদমক লৌখৎপা যাবা থবক লৌখৎলে। মবী লৈনবা মী ফাবে। অকুপ্পা মবোল পুলিসকী তদন্তদা লৈবি "অসিনচিংবা।

খাববগী লামায খুমজিল্লগা চীলেনগী মপানা খঙহৌদনা লাউবকই— "ঝুঠ। ওইদবা, নমথাক। লৈবাকসি অচম্বা, লাইববা মী লৈহেদ্রে।" মহাক্না মমীৎ অনী লংখৎলদুনা মখা তাবকই— "বেঙ্ককী লোন তান্নজবা ইচাবু ফংফম থোক্তবা লোনগী দবখাস্ত থাবা খদ্রক খবনা কল্লক্তুনা ওইদবা হাযজিন্দুনা মাঙনবা হোৎনবা। মবান লৈবশিংবুদি শেন্না থৈদোক্তুনা থম্বা, মবাল লৈজদবা ইচাবু অরাবা ফংহনবা। অসিবা অচুম্বা তৌবি হাযবদো? বাম বাজ্যনি হাযবগী খুদম অসিবা ?" রাহে খবদু লোইদ্রিঙৈদা মনাক্তা লেপ্লম্বা মীশিংদু রা ঙাঙদনা তুমিন তুমিন চৎনখি। চীংলেনগী মপানা যেংথোকখিবদা খুটি মখোঙ অনীবোম লাপ্পদা ওলিব গ্রিন মচুগী গাডী মবি মঙা থৌবকপা উই।

মাগী মমীৎ অনীদি হেন্না হেন্না লংখৎলক্লি, অশাউবা রাহেশিং মতোমতা মকম মকম শোল্লি।

।।১৫ ফেব্রুবাবি, ১৯৮৫।।

# লিনগা হওোইগা

লিন্না মশা তম্খায় ফাওবা উমশিনখ্রবা হওোইদুনা চেৎ-চেৎ খোংলকপদু তাবা মীশিংনা মখুত্তা লৈতুম অমমম পাযবদুনা হওোইগী মাইকৈদা লংশিল্লগা হাযবকই— "হওোই ? হওোই ?"

"হওোই, কৃষ্ণ শোল্লু।"

"হওোই, শিদবা মপূ শোল্লু।" অমনা অমুক মখা তাবকই— "মপূগী মিংখৈ শোল্লু।" মখোয মখোযনা হাযবা যাবা হওোইদুদা হাযনবি। ভাঙনা ভাঙনা হওোইগী খোঞ্জেলসু অসুম পীকশিনখি। ভইহাক্কী মতুংদা হওোইগী মখোন তাখিদ্রে। হওোইদা লাউবম্বশিংদু মখুৎ চাবা নুংদুম পাযনবগা অশোঙবা নাপী মবক্তদি চঙশিনবা কিবদুনা অকোকপদা লেপ্লগা লাউবি— "হওোই ! হওোই নঙবু শিবব্রা চঙলিব্রা ?"

"শিবম্মনিদা।" অমনা খুল্লকখি।

"শিবম্মনি খোংখিদ্রে।" অমনসু হাযবকখি।

হওোই কন্নবা চোংথোবকখিবা পূন্নমক্কী মমাঙদা যেনবী অমা চেপ্লোবক্লে। মখোয হওোইগী বাখল থাদোক্লুনা মচা চেল্লিবা যেনবীদুদা ওনশিনখ্রে। মখোযনা যেনবীদু কোযথৎ থৎলগা ফাখ্রে। মপী ফানবা হোৎনবদা লোযনবম্বা মচা খবদু পুমচাই চাইনা চেন্নখ্রে। যেনবী ফাববা নহা খবদুনা অমগী ফুবিৎ লৌথোক্লুনা যেনবীদু যোমশিল্লগা পুখিদুনা তোম্বগী শঙ্গোযদা থোংলগা চানবা থৌবাং তৌখ্রে।

নহা খবদুনা লাঙনবদু উবদা তোম্বনা লাইবকই— "হায় হায় কদাইদগী যেম্নো ? হূবানবশা। নুংথিল পোবোপ্তা মীগী য়েন হূরুবব্রা ?"

"তা তোম্বা। তুম্মিনলৈয়ু, নঙগীসু শক্তক থুংবিনি।"

"থুংবিনি থুংবিনি তোম্বা। নঙ য়েন চানীংদ্রো ?"

"চানীংদে, মফম মবাং খঙদবা কদাইদগী য়েন্নো নহোয়দুবো ?"

"লৈবকপনি, লূপা কুম্তবেৎ পীদুনা।"

তাতোম্বনা চঙশিন্দুনা য়েন মতু ফোযবিবদু য়েংঙি। "হুরানবশা। সিদি মমাঙ অমুহোইগী য়েনবীদুনিনে। মচা খবদুদি কদাইদা লংথোক্লম্লে ?"

"হায়, তাতোম্বা। তুম্মিনলৈয়ুমি নঙবো, নৎত্রদি পুলিস কৌরগে। হা পুলিস কৌবো ?"

"পুলিস হাযবা ? ঐ চৎলে নহোযনা পুলিস কৌদোই ওইবদি ঐ চৎলে।" তোম্বদু মচীন্দা মুকম মুরুম শোন্দুনা চৎখি। লৈহৌবিবা নহা খবদুনা মাগী শঙ্গোয মচীদুদা লৈবিবা তেক্সি খাংনচিংবা থোং থাক্লবা মপোৎশিংদু পুথোক্তুনা যেন থোঙ্গৎহৌই। মখোযনা যেন থোংনবগীদমক তোম্বনা নোংঙানবদগী নুমিৎ চাযবফাও নিজক্লবদা ফংলকপা পোৎযোম মপুন্দু ফাক্তোক্লে। তোম্বগী পোৎযোম ফাক্লবদা মখোযগী অৱাৎপা খূদিং মবাঙ কাযনা ফংঙি। মখোযগী অৱাৎপা হাযববু মব্দ মবাং, মচু অমদি থাউতনি। মবোয মপাং থুম মোবোক অমসুং অতৈ পোৎলমশিংদি তোম্বগী মযোম ফাক্লবদা ফংদবা য়াওদে।

নহারোলশিংনা পুলিস পনবদগী কিদুনা থোবকপা তোম্বনা যেম্বী থিবকপা অমুথোইগা থেংনকবে। অমুথোইনা তোম্বদা হংলকই— "তোম্বা। নঙ ঐগী যেম্বী উ-লাকপ্রো ?"

"উই।"

"কদাইৱাইদা ? মচাশিংসিনা কদাইদা চিখবল্লিবা ? হৌজিক-ৱাইদা শূমাঙ মযাদগী থোকখিবনি, কদাইদা লৈহৌই তোম্বা ?"

"আ খাংদা।"

"চখোকওদা, খোযদৌ খবা শাওগৎলিঙৈদা, মসিদি ঙাওদা ঙাওবা অশেংবনিহায।"

"যেনবুদি খাংদা থোংদদি, মীনা অচুম্বা হাযবগা অঙাওবকা হাযবদনা, নঙদি ঙাওদে হায।" তোম্বদু ঙাঙদুনা চৎখি।

তাতোম্বা চহী যাম্খৈগী মথক্তি। মযুম পান্দুনা মচা অহুম লৈববা তুংদা ঙাওখিবনি। মহাক যণ গাডীদা চেক হোল্লগা নোংমগী চাবা তাঞ্জবা মীশক্তি। মাগী লৌ লৈজদে, ইস্কোলসু চাওদে। অদুমকপু তোম্বনা মাগী যণ অনীদু পাদুনা ইস্কোল মচেত্তু খোইবগা মনা-মশীং ইনশাংনা পুমশং শংনা থাই। মহাক্কী নুপীনা কৈথেন্দা মনা-মশীংশিংদু যোল্লি। মখোয অনী চঙদুনা তানবা শেনফম্না মচাশিং থাকই, মখোযনীগী হিংনবগী পাম্বে ওই। অসুম্না চম্না লেঞ্জবা হিংজবা তোম্বগী পুন্সিদা খঙহৌদনা নোংমদি শাথীববা দশা অমা তাখি। অঙনবা অযুক অমা তোম্বনা চেক থাবম্লগা অহাঙবা গাডী থৌদুনা লম্বী চৎলিঙৈদা মশক খঙদবা নহা খবনা বিক্সা অমদা পুবকপা বোবাখাউ অনীখক মাগী গাডীদা থাঙ্গৎলদুনা হাযবকখি— "খুডা, খাউ অনিসি গেট ৱাংমা ফাওবদা পুবিযু। ঐখোয বিক্সাদা চখৎলমগে।"

তোম্বনা হোয মাই হাযনবা নংদ্রিঙৈদা নহা খবদু খুদক্তা চৎখি। মহাক্কী গাডীদা হাপ্পল্লিবা বোবাখাউ মযোমদু যেংলুবা তৌদনা তোম্বা গাডী থৌবি। তোম্বনা শওম্বুং গেট মপা যৌবদা মঙোন্দা চেক তৌববে। সিপাহীশিং অদুনা তোম্বগী মশাদা যেংলবা মতুংদা গাডীদা যাওবিবা বোবাখাউ মযোম অনীদু চ্যেক তৌবকখি। খূদক অদুমক্তদা বোবখাউ মনুংদগী লাম্মীনা পাম্বা অরোনবা লালহৌ তৌবা কাওবুগী খূৎশূ-খুৎলাই খবা ফংখ্রে। বোবাখাউগী মবী-মখোঙ খঙজদ্রবা তোম্ববু গাডীদগী চিংথবগা কাওবগা, নেৎপগা, ফুবগা, থিনবগা ঈখেং তাবমখৈ লাক্লববা মতুংদা মখোযগী গাডীদা হাপকৎলগা পুখ্রে।

মবাল লৈজদ্রবা তোম্বনি, হাযবিনবা লৈতবনা মতম খবদি লাম্মীগী অওৎ-অনৈ খাঙদুনা অৱাফমদা লৈবা তাখি। মহাক্কী নুপী অমসুং মবী-মতাশিংনা অৱৈবা মাল-চাং কাযদুনা ৱাযেনশঙগী মতেং লৌববা তুংদা যাম্না ৱানা তোম্ববু কৈশুমশঙদগী লৌথোকখি। লাইবক থীবদি কৈশুমশঙদগী থোবক্লবা তোম্বদু

হান্নগী তোম্বা ওইবমদ্রে। নামা হোববা, অঙাওবা লাযনা চুববা তোম্বা ওইবন্নে। তোম্বগী ফীভম খঙলকপদা মাগী নূপীনা থম্মোয় শোক্লা কপচখি। কপচবা নত্তনা মবাইবক থীববী নূপী অসিগী পাম্বে ফংখিদে। মতুংদা চহী কযা চঙনা তোম্ববু লাযেংবা হোৎনখি, মাগী নূপীনা। মাগী লৈজবা পূম্বা তুমখ্রবা মতুংদসু তোম্ববু হান্নগুম্না মীবোল তাহনবদি ঙমখিদ্রে।

তোম্ববু হোৎনবা যাবা হোৎনবম্লগা ঙম্লকত্রবদা মাগী মচা অহুম পুদুনা মপামদা লৈখি, মপু পান্দ্রবা মফম ওইহৌবে। তোম্বা নোংমগী অফংবা চাবগা হীংলে। কৈরোয লৈকাই অমসুং কৈথেন্দা, দুকান খূদিং চক্কুনা অচা-অথক নিজবগা মশাগী হিংনবগী পাম্বে ওইখ্রে।

তোম্বনা চৎপমখৈ চৎলুবগা মাগী অহাঙবা মযুমদা হঞ্জিল্লকই। নোংমনা মাগী নূপীবু হন্না হন্না কৌই, খুম্বীবকত্রবদা অথীবা খোল শীজিন্নদুনা মাগী নূপীদু চৈবম্লগা তোকখি। অসুম্না নোংমগী কৈথেন্দগী অথুম অহাউ পুবক্লগা মচাশিং পীজগনি হাযদুনা কোযথি-থি, কোযকৌ-কৌজে। ফী-বোল তাবম্বা খূল্লক্রবসু মচাগীদমক তমজে, মচাবু উজবা ফংদ্রবদা পুবকপা ফী-বোল মচেৎ মচেৎ শেগাযদুনা লংথোকখি। কবিগুম্বা মকোক্তা কোকথোং অমা পূবদুনা খুন অমদগী খুন অমা লান্না পঙচত্তা চৎলি' রাবক্লগা উখোঙদা পোম্বাদুনা লৈথোকই। অদুবু অযাম্বা মতমদা মহাক মযুমদা হঞ্জিল্লকই, অহাঙবা শঙ্গোযগী মচি অমদা তুম্মী। মাবু কন্নানসু হংলুদে, নীংশিংনদে। লৈকাইসিদা উৎসবনচিংবা থোক্রবদি তোম্ববু নীংশিংনৈ। মাবু চাক পীজবগা কোল-লীক ফেঙহল্লি, চগুম শেংহল্লি।

পুলিস পল্লুবদগী থোকখিবা তোম্বনা চৎপমখৈ চৎলুবগা অথেঙবা অহীংদা তুম্বা হঞ্জিল্লকখি মাগী শঙ্গোযদা। মানা নিজবকপা চান-থক্লবা অমফাওবা লৈবমদ্রে। অদুগীসু মথক্তা মাগী তেকথববা শঙ্গোযদগী ফক্লাং রাচেৎ মযাম শত্তোক্লন্নে, যুমথক্তগী ই শৎখিবগী ইকুম-লাংকুম্না পূমচাই চাইবন্নে। মখোযনা চাখি থকখিবগী লুখাক চগুম্না খোঙথাফম লৈবমদ্রে। তৌবল্লিবা ফীভমদু উবদা হাযনীংঙাই লৈতনা শাউববা তোম্বনা লাউবকখি—"হূবানবশা। নথীবোং থন্নবা

শা-ঙা, হুই হৌদোং, ষণ-ইরোইদা নত্তনা মী ফাওবা চাবো। মী হোঙলে, মী য়াম্মল্লে। মীনাই মচাশা! মপু মশক খঙদেনে নখোয়। মী মশক খঙদ্রি, নাপী চাবো ষণ ওন্নবা।" মহাক্লা মখা তাবকখি— "অঙম অঙম্বা হাত্তুনা চানবো। ঐ শিনীংলে, ঐ অমুক হিংবা পামদ্রে, ঐবু হাত্তুনা চাববো।"

তোম্বনা অথেঙবা অহীংদুদা কোযলাউ লাউবদু তাবদা তুম্বা যাদ্রদুনা থংনবা য়ুমদগী তোল্লমু লেমতোন অমা পাযবদুনা থোক্লকই। মহাক্লা তোম্ববু যেংলম্লগা বাহৈ অমত্তা হাযবমদনা হুনখি। তোল্লমুনা মমায লৈদুনা চৎখিবদু উবদা তোম্বনা অমুক লাউবকই— "নবাইবক্তা চন্দন নমদুনা ধর্ম্ম লৈবা লাইনীংবা শাবা, পূক শেংদবা তোল্লমু নচা হুবানবদুদি বাবকত্রগা নঙনা লাই শোন্দুনা কৈদৌনি?" মহাক্লা ঙহাক লেপ্লুকগা মখা তাবকখি— "ঐবু হাৎলোনে নখোয নুংঙাইহৌনবা। ইম্খোলসে খোপচিনবতা নত্তনা, পূন্নৌ লৌহৌরো। মদু নৎত্রা নখোযনা পাল্লিবসে ?"

তোম্বনা লাউদুনা লৈহৌই, তোল্লমু হুন্নফাওবা যেংলমদনা ময়ুমদা চঙখি। অথেঙবা ইচীক হুল্লবা অহীংদুদা নুংশিৎনা মনীং তন্না তোম্বগী হাঙলবা য়ুমদু ফাওদুনা শান্নবি। নুংশিংকী তাংথক নাইদ্রবা শহুমদা পুখ্রীদা কাবা ঈথক মচা মচা কযানা লৈবাইদা মথং মথং যৈনদুনা মাঙখ্রি। অতিযা পাক-শন্না শন্দোকখ্রিবা থবান্মিচাক কযাসু তথক তথক ঙাল্লি। লাউবমখৈ লাউবম্লগা তোম্বদু নীংঙাইবা লৈতনা তুমথখ্রে। হৌজিক্তি কৌজেং হাবৌ অমদি হঙোইগী খোঞ্জেল নত্তনা অথেঙবা অহীংসিদা অতোপ্পা খোঞ্জেল তাখিদ্রে।

।। জুলাই, ১৯৮৫ ।।

# নুপীগী নুমিৎ

ঐখোযগী ইতৈমনা চযোল অমগী মমাঙদগী থাবকপা নুমিত্তু ঙসিনি। তামোনা নান নান্দুনা তোংজবিবা অতিযা মচুগী কাবদু ঙসিদি ঐগী খুত্তা তারে। তামোনা ওফিস কাবদসু ঐনা থিল্লুই, হোরেন কুম্বদসু ঐ অমুক লৌবগে হায়বম্মী। ইতৈমনা হায়বদগী পীবক্লিবা গাডিনি, নৎত্রবদি ঐনা পাযরু শোক্লুবা যাবা গাডি নত্তে।

পূং অমা তাশিল্লক্রে। ইতৈমদু ফি হোংবা দ্রেশিংরুমদা পূং অমগী মমাঙদা চঙখিবনি, অদুবু হৌজিকফাওবা থোক্লকপা লৈত্রে, শেম-শাবা লোইদ্রিমাক্লে। ঐ ইতৈমবু ঙাইনা ঙাইনা গাডি শেংদোক্লি। গাডি ফজবদা হায়নীংঙাই লৈত্রে, মিশেলগুম লংলে। ঐসু মতম অমদা অসিগুম্বা গাডি অমত্তুংদি তোংখিগনি। গাডিদুদা মাগা ঐগা ফম্থিন্নবগা ইম্ফাল সহব কোযমিন্নগনি। মতমদুদদি তামোদা হাযজবগী দবকাব লৈববোই। আশাগী মঙলান্দা তাউবিঙেদা ইতৈমা থোবক্লে।

"মচুতাবা ফি-বোল শেং ইন্দুনা কেথোবক্লবদি চান্নবা ফজে ঐখোয় ইতৈমসে।" ঐনা ইতৈমদা নোক্লদুনা হায়খি।

"ইবোতোম্বী। ঙাওশিন্ননু নঙনা লরুবা য়াবা মীবা ঐসে?" ইতৈমনা খুদক্তা পাউখুম পীবকখি। মহাক্লা মখা তাবকই— "পূং তাম্থ্রে চৎলসি লাকও।"

"সিবু ঐনা হাযনীংদুনা হায়ববো? লৈশাবী শাদুনা কেবিদুদি, কযা কুইবে ইতৈমবু ঙাইদুনা লৈবিবা ।" ঐনা গাডি ষ্টার্ট তৌবগা লোযননা খুমখি। গাডি থৌগৎলি, মিটবদা কাটানা ৩০/৪০ মথং মথং চেনখৎলকই।

ইতৈমনা মফি-মবোল ষ্ট্রি তেকখিনি মতাগুম চেকশিন্না ফম্লগা হায়বকই— "হায ইবোতোম্বী। গাড়ি কন্না থৌগনু, মী চিনখ্রবসিদা নমায থক্লগা ৱাযাম্ননি।"

"অদুগীদি নুংশা থীরব্রু। ইতৈমনা নহান হায়বা মফমদু কদাযদনি হাযবা?"

"মসি অঙাংসিদি মহা বুদুনিহে। ঐনা চাম্মবক হন্না তাক্লদুমক্তদা কাউবরা? হো ঃ ইবুংঙো শকহেনবা, ডান্স একাদেমী হোলদনে। খঙলব্রা?" ইতৈমনা মমীৎ লাওথোক্লদুনা ঐঙোন্দা তাক্লকখি। "চৎতুম চৎলু মী ঙাইনবন্ননি।"

ঐনা গাড়িদু হান্নদগী খবা কল্পপ থৌগৎলি। ইতৈমনা তুংদগী "ইবোতেম্বী! গাড়ি তপথৌ, গাড়ি তপথৌ।"

"কবিসু তৌবোইবা ইতৈমা। থেঙখ্রেসু হায, গাড়ি খিক্তং থৌগৎপগা পাখৎপনা হান্লি, কবমহাযনা যৌদোইনো?"

"অপঙবা। অসিদা চৎহৌবা নুপী অনীদু ঐখোযগী মেম্ববনি। গাড়িদা হাপ্লিখ্রসিবা খন্দুনা হাযবনিনে।"

ঐহাক গাড়ি খাম্মি। ইতৈমনা হাযবিবা মীশক্তু কদাযনো হাযদুনা ঙক লৈথোক্লগা যেংঙি। মশা নাল্লবী নুপী অনীখক বিক্সা অমদা তোংলদুনা লাকমিন্নবা উই। ইতৈমনা কৌশিন্দুনা নুপীশিংদু গাড়িদা ফম্মিন্নখ্রে। ড্রাইভব ওইব্লবগী হৌনবা মখোযগী সেবা চপ চানা তৌবে। ঐ গাড়ি অমুক থৌগৎলে। অনৌবা চঙলকপী নুপী অনীদুদগী খবা ঙৌবপ তৌবীদুনা ইতৈমদা হাযখি— "লাইবক ফৈদকো ইবেম্মা শীজ। নশক্লে নতৌনে, নহেনে নশিংনে, লৈবাক্কী মশক লাইববা ইবুংঙো অমসু ইপুবোইবা ওইনা ফংজবে, কযাদা নুংঙাইজবিগবা?"

"কদাইদগীনোদা ইচে। নুংশিবিবগী পঙহায হাযবিবে, ঐখোযদি মতীক চাজদবীনি।"

নুপীদুগী পাউখুম ইতৈমনা পীখি। মখোযগী ৱাহে তাবগা অতোপ্পী নুপীদুনা অমুক হাযবকই - "গাড়ি থৌবিসিবু ইবেম্মগী ইনাও নুপা অমা লৈ হাযবদুবা নৎত্রগা ।" নুপীদুগী ৱাহে লোইফাৎত্রিঙেদা ইতৈমনা খুমখি— "মান্নি ইচে।"

ইতৈমনা মখা তাবকই— "সিমসু থবক মতা চাবা অমত্তং ফংলবদি দশা কোক্লগবনি অদুবু নাতৈ চাদ্রি।"

"মযাম্বুং লৈবিদনা, ইবেম্মখোয খ্বাই লৈবিববু ইনাওগী কবি ৱাৎকনেগে, নুমিৎ শুদ্রিদনা তৌবনি, ৱাবিরুনু।"

"ইচেখোয়নদি হায়বিবিবা হৌজিক মতমসিদি মহৈনা চৎনদ্রে। শঙ্গ ফবা লোযননা লুপা-সনা লৈবা খঙবিবেদনা?"

"অদুগী হাযক্ববদি লন্ধোনীগী মচা কবিসু খঙদবদো আ-যৌনা ৱাংখ্রেদনা, চাউখ্রে হাযবা।"

মখোয়না শানবিবা ৱাবীদু মখোয়গী ওইজববদি ফবনি, ঐঙোন্দা শোকচিল্লকপদু তাবদা ৱায, হৈনদে। অদুবু খুম্লুবা যাবা মতাং থোক্তবনিনা খাঙদুনা লৈখি। ৱাবী শাবগা লম্বী তেল্লি হাযবগুম মিটীং মফম যৌরে। লম্বীগী মাঙওইন্না অঙৌবা ফিদা অভাঙবা মযেক্লা কবি কবিনো যেক্রদুনা থেৎলি, হোজঙগী লৈতেং শেল্লি। মফম চানা গাডি খাম্লে। গাডি লেপ্পগা গাডি মনাক্তা নুপী অনী অহম চঙশিল্লকই। মখোযনা ঐখোয ইতৈমা উবদা "নমস্তে লেঙশিনবিবকসি" হাযদুনা যাম্না ইকাইখুম্লনা ওক্লমই। মখোয মবক্তগী অমনা মখা তাবকই— "ঐখোযদি যৌবিবকত্রি হাযদুনা নুংশা থীজবল্লবনি ।"

"মযাম পুন্নমক ৱাবৌবিবা যাদে, গাডি ঙাইনবিঙৈদা খবা থেঙখ্রমাল্লে।" ইতৈমনা ওইদবা হাযজিন্দুনা মশা ঙাকথোক্লবা হোৎনৈ। মহাক্লা মখা তাখি— "মীবু শুবববো লন্ধোনী?"

"শুবে শুবে ইচেবেম্মা। নুপীগী থবক্তবু ৱাৎপা যাব্রনে? লেঙশিল্লসি।"

মখোয নোকমিন্নদুনা হোল মনুংদা চঙখি। ঐহাক গাডিদু মফম চাবদা থল্লগা মখোযগী ঈবাং যেংনিংদুনা হোল্লোমদা চঙশিল্লি। হোল মনুংদু নুপী মযাম্না লাঙবদা কৈথেল পোলক্তু মঙাই। ঐনা চঙশিনখিবদা থোঙ মযাদা লেপ্লিবী নহা ওইবিবী অমনা হাযবকই— "চানবিদুনা নুপাশিংদি চঙবিগনু, ষ্ট্রিক্রি ফোব উইমেন্স ওনলি।"

"ও ঃ সোবি !" ৱাহৈদু হায়বন্নগা ঐহাক মফমদুদগী থোকলকখি। ঙহাক কোযচৎ চৎলবা তুংদা পোত্থফম লৈত্রদুনা গাডি মনাক্তা ফমথরে। ঐনা ফমথবগা লাউদ স্পিকরদগী তাবা ফংখি— "ঙসি নুপী মরূপকী চহীগী ওইবা মীফম অসি হৌনবা তৌজবগে, অহানবমক্তদা মীফমসিগী মযায় তাঙবন লৌবিগদবী ইকাই খুম্নজবিবী নিংথেমচা ওংবী কবোক্রে শীজবু তাঙবন্দা লেঙশিনবিনবা কৌশিঞ্জবি। লোয়ননা ঐখোযগী নুপী সমাজগী লুচিংবী কুমাবী সোবিতা চনুবু সভা অসিগী অথোইবা অতিথি ওইবিনবগীদমকসু হায়জবি— ৱাহৈদুগী মবক্তা খূবাক খুবগী মখোন তায। মথংদা হাযবকই— "ঐখোযগী থৌবমগী মতুংইন্না ইকাইখুমজববী অথোইবা অতিথিনা চহীগী মীফম হৌদোকপিবগা লোযননা ৱাহৈ খরা তাকপিগনি।"

মীৎকুপ খবা তুম্মিন লৈববা মতুংদা নুপী অমনা ৱা ঙাঙবা হৌগৎলকই— "ইকাইখুম্নফম ওইবিবী ঙসিগী সভানেত্রি অমসুং তিনবিবিবা ইমা-ইন্দোন ইচে-ইচল পুন্নমক। হৌনবী মতুংইন্না ঙসি নুপী মরূপকী চহীগী মীফম অসি হৌদোকচরে।" মযামগী খূবাক মবক্তা মখা শমথবকই "ঐদি যান্নমক পাঙজদবী, কবিসু খঙজদবী নুপীমচা অমনি, অদুবু ঙসি অসিগুম্বা নুপী মরূপকী মগুণ লৈববা মীফমসিদা মমল লৈববা তাঙবন অসি পীবিবগীদমক ঐনা শীনবিবিবশিংবু থাগৎচবি লোয়ননা তিনবিবিবা পুন্নমক্কী মফমদগী মতীক চাজদ্রবীগী অশোয অবান ঙাকপিনবা নিজবি।" ৱা ঙাঙবা হৌদ্রিঙৈদা খূবাক্কা হান্না যৌবকই। ৱা ঙাঙলিবীদুনা মখা তাবকই— "মণিপুবগী নুপীদি অখাঙ কনবিনি, মথৌনা লৈবীনি, মীনুংশি খঙবী, মবৌশিং চাউবীনি। ঐনা হেন্না হাযকদুনা কান্নদে, লিনথোইঙম্বী অমদি থম্বালনুনা লেঙদ্রবা প্রামণ ওইবি।" খূবাক মথং মথং। "ঙসিগী মণিপুবী সমাজ অদুঙৈগী শাগৈগী লৈঙাক নৎত্রে, অচৌ মচা খাযদ্রে। মবম অদুনা ঙসিগী নুপীশিংবু মশাগী অধিকাব পীবিদুনা সমাজগী চাওখৎ থৌবমদা মশানা থৌদাং যাজনবগী খুদোংজাবা ফংহনগদবনি। নুপীবু নুপাগী খূবামনুংদা থম্বিদুনা ফংফম থোকপা অধিকাব ফংহন্দনা থম্বিবগী মতম নৎত্রে।" হন্দক্কী মতাংসিদদি হোল মনুংদু পুন্নিল নিলগ্রে। খূবাক্তা নত্তনা খোঞ্জেল থোক্লা

থাগৎনবকপা, লাউনবকপদা মখা ভাঙখিবা রাহে তাবা ফংদ্রে।

থৌবম মথং মথং চখবকপদা মতম হৌখিবা খণ্ডহৌদ্রে। ইতৈমগী রাফম অমা তাদনদি তামো লৌবা চৎলুবা য়াদদুনা ঐসু মফমদুদা লেঙদনা লৈবে। নুমিৎ তাশিন্নক্রে। হোল মনুংদদি খন্ন-নৈনবা অমদি লাউনবা হেনগৎলক্রি। মথং মথং ভাঙনবকপা মবক্তা মযামদগী রাখল মীৎযেং তোপ্লা নুপী অমনা হায়বকই— "মৈতৈ নুপীদি ইপা-ইপু হাক্তগী মীপান তাংবা হৈনবক্তে, ফিজেৎ-চাকচা হোংলক্তে। অদুবু ঙসিদি মহে হৈববা, চাওখৎপগী মঙাল ফংলবা মৈতৈ নুপী অযাম্বনা মীতৌ তম্বদা হালেংবা লৈত্রে। অকাম্বা চীঙ্গাক চা-থক্লে, নক্তবা লমচৎ হৈনবে। মসিগী অবাবা খুদম খোংবাল-লুক্রাংদা পোকপদা ঙাযবিবা অঙাং হুন্দোক্রম্বা কযাসিনা তাক্রি। মসিদি নুপী সমাজগী ইকাইনীংঙাইনি।"

হন্দক্তি হোল মনুংদু পুমচীক চীকখ্রে। কনাগুম্বী অমত্তা খুবাক খুবকত্রি। রা ভাঙলিবীদুনা মখা তাবকই— "যেংবিয়ু ঙসি মণিপুরদা মৈতৈ নুপীনা তৌবমদবা থবক কযা তৌনবক্রে। য়ু যোম্লে, হোটেল ফম্লে, রাচৎ রানোমদা মশাগী ইজ্জৎ যোম্লে। অসুন্না চাওখৎপগী মহুত্তা কাঙবু খবনা মচা মরা থাক্রবগীদমক ইকাইবা থাদোক্তুনা চেক শুবে, নুং থাংলে। মৈতৈ লৈবাক পুমওন ওম্লে। যেংহৈদ্রে, হিংহৈদ্রে, নুপাশিংনা শূদনা-বাদনা নুংঙাইনীংলে। মীবৈবাক মচাগুন্না শূ নোমদুনা মমান্নবগা লাম্বা পাবদি তম্লগা মীগী মবন মুন্দুনা হিংগনি তেমশিংলে। ওইরোইদবা নক্তবা রাশক কযাদা মপা-মচা, মচীন-মনাও হাত্তোক্লরে, ইরৈবাক নুংশিবগী মিংদা ইবৈবাক যোন্দুনা চাবে। নুপাদগী হেন্দেক্তুনা ঙসিগী মৈতৈ নুপী খবদি ফিশা-লোনশা খুৎনাই-শিন্নাইবা তোক্তুনা ঈবাং কৈথেল কাবে, কুম্মৌ মফম মফমদা কালা বাজাব তৌরে। ফত্তবা পুন্নমক থাদোকসি, ঐখোয় মতমসিদা হিংসি হায়ববদি চীনগা খুৎকা মান্নসি। অচুম্বা ভাকসি।" মমথবক্রবা মতমদুদা ঈচঙ থৌনা ভাঙলিবী নুপীদো কন্নানসু থাগৎপিদে। অঙকপদি মাগী ভাষণ তাবমদনা অমা চৎখি, অনী চৎখি, মী অযাম্বা হন্নখ্রে। মবক অদুদা লোইশিন্নবগী থৌবাং চখখ্রে। মমথবক্রবদা নুপীগী থৌনা পুন্নমক মাঙথখ্রে।

থাগৎ রাহে খবা ফংলবা ঐখোয ইতৈমা মোমোন নোক্রদুনা পুক্লিং মকা লান্না হোলদগী থোক্রকই। ঐনা ঙসাই নুংথিলদগী য়াচঙবা মতুংফাওবা সদিংদা

খাঙলিবসি মহাক নীংশিংবা মান্দে। মহাক ঐখোয়গী গাডি কোযথি থিবকই। ঐসু ইতৈমবু অচৌবগী নুপী অচৌবী হায়বদো তশেং তশেং মান্নবা মমাঙদা গাডি পুশিল্লগা থোঙ হাংদোক্লুনা ঙাইবে। কংলৈচা চনুশিংদো ইতৈমনা বিদায় মচা অমা তৌবল্লগা গাডিদা লেঙখৎলকই। লমদাং চায় হাযদুনা হন্দক্তি মচে মনে ফনযাম্না কাখৎলক্লে। মী মবিদগী হেন্না তোংবা ফজদবা কাবদু মী তবেৎ তোংশিল্লে। হৌজিক্তি ফি মোৎকনি নীংশিংনখিদ্রে, শম্বুল কাযনি কাউনখ্রে; নপ্পদং ফংলবদি হাযদুনা ঐগী ইনাক্তসু মফম খঙদনা ফমজিল্লরে।

ঐ ৱা ঙাঙদে। "ইবোতোম্বী যাবে" — ইতৈমনা হাযবকই। খূদক্তা গাডি থৌগৎলি। মিতীং লোইবদুনা থোক্লক্লবী মখোযশিংদো গাডি মনুংদা অনীসুবা মিতীং হৌগৎলকই। অমনা হায়— "ঙসাই ইবেম্মুগী ৱাদু অচুম্বদি যাওই হাযববু তাবদি ৱাখ্রে।"

"মমথবকপগী চৎনীংদুনা লৈববা নুপীশিংদো মানা নমদুনা তানখ্রেদনা।"

"হোয়দা ইবেম্মশা, মযাম তিন্নবা হাযবা অসিদি খবা ঙাঙনবা হাযদুনি, মদুবু ৱা ওইনা লৌ যাপোৎ নত্তেদা।"

মখোয মশেল অমগা অমগা ককথোক ককশিন তৌবম্বদগী ৱাফম অমবোমদা তাবকই— "মথৎগী সেক্রেটবি ইবেম্মা বিনো খনবসি ঐদি যানীংদেদা।"

"কবিগী ইচে?"

"নহা ওইমল্লিনে।"

"নহা ওইবগা কৈদৌগে থবক ঙল্লগা লোইবে।"

"নখোযনদি হাযবিবা, হযেং অহীং নুংথিল খঙদনা লৈবাক্কী, নুপী সমাজগী থবক তৌবকপদদি অকাযবা লাক্কনি।"

"হেবা অদুদি মশাদা লৈবেদা।"

মখোযগী ৱাবী মবক্তা ইতৈমনা গাডি থান্নবা হাযবকই। গাডি লেপ্পগা নুপী খবা কুমহৌরে। গাডি অমুক থৌগৎলে। অমসু কুমহৌরে। হৌজিক্তি ইতৈমগা ঐগদা ঙাযহৌবে। ঐখোযনীদা ঙাযববদা ইতৈমনা হংলকই— "ইবোতেম্বী।

নও তামো ওফিস কুম্বগী গাডি হাযবকত্রা ? নও চৎলুব্রো ?"

"চৎলুদ্রে। ইতৈমনা হাযদবদুদা, করিগুম্বা চৎলুবগা মিটীং লোইদুনা ইতৈমনা অমুক ঙাইনবগদ্রা খন্দুনা তোক্লবা।" ঐনা মখা তাখি— "মিটীং পূং ৪ দা লোইনি হাযবগা অশূক থেঙলিবা কবিগীনো ?"

"অদুবু হেক যাব্রনে। মী রা ভাঙদৌবা বাৎলি অদুগা মথং চহীগী প্রসিদেন্ট, সেক্রেটবিনচিংবা খনগদবা লোইদনা হেক লোইশিনবা যাব্রো, নও হাযবিসিবো।"

"ঐগীদি বেবা লৈতেদা, তামোনা শাউবমগদ্রা হাযবগী বানি।"

"খবা থুনা থৌবো, হোবেল বা থোকপ্রা খঙদ্রিপোৎনি।"

ইতৈমদু নুংশা থীবপ খুন্নকই। ঐনা খল্লি, ঙসাই মিটীংদা বাইট মান্নবগী দাবী তানখিবদু হৌজিক কদায়ইদা মাঙখ্রে? য়ুম য়ৌশিল্লকখি। থোঙ্গাল য়ৌশিল্লকপদা য়ুমদু পূম্মম মন্না লৈবম্মী। মৈ লাকত্রিমাগ্রে, ইমুংদা মোম্বতি খবা থানবা উই। ঐনা গেবেজ মমাঙদা গাডি খাম্বগা ইমুংদগী বাহাদুব লেমতন পুদুনা থোক্লকই। বাহাদুব উবদ ইতৈমনা তপ্পা হংঙি— "বাহাদুব, নখোয বাবু হল্লক্লবা ?"

"ঙসাইনা হল্লক্রে ইমাশী।"

মখা তানদে, ইতৈমা ইমুংদা পাইশিনখি। ঐনা খল্লি, ঙসিদি কুম্মৌ মচা অমদি লৈবেদনা।

।। মার্চ, ১৯৮০।।

# লূপথখ্রবা হিনাউ

থোইবগী ফুমথক্তা শাবা পোঙশগুদুদা ইথা থাজদনা কৈশাল মচা অমা লৈবরে। থোইবনা লোক্তাক্তগী ফাবা ঙা পুরগা ফুবাল্লা কৈথেল কারুই। মাগী অফংবা লুপা খবদুনা চান-থক্লবা লৈরগা লোক্তাক ফুমথক্তা হল্লকপদা অবাংবী মচাদু লৈবম্বনি। মহাক কমদৌনা মফমসিদা য়ৌরকখিবনো হায়বদু থোইবগী কোক্তা হৌজিকফাওবা য়ৌবকত্রি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু চীক্লবা লোক্তাক ঈয়ায়দা মদোম লৈজবা থোইবগী পোথাফম অবাংবীনা ওইরে। মখোয় অনি লৈমিন্নবগী খুদোংচাবা অমনা অমদগী ফংনেবদুনা মহাক্কী মরি মখোং থিকদ্রে, অদুবু মবক মবক্তা থোইবনা অবাংবীদা হংঙি- "অবাংবী। নঙবু লোক্তাক ঈপাকসি লান্দুনা কবম লাকখিবনো? খুম্মুনে, নঙবু নমা নপা নাচীল ননাও লৈজদ্রো?"

থোইবনা লাংনা অমা পায়দুনা অবাংবীগী মশাদা নানবি। অবাংবীসু মখুং মচাদুনা থোইবগী লাংনাবু ফাবগা মযানা চীকই। কবিগুম্বাদা খোংলকই "ঙ্যাও," থোইবগী শিকারদা মশা খীংলে অবাংবী।

থোইবনা নুমিৎ খুদিং লোক্তাক্তগী তাল্লিবা ঙা, মতম মতমগী হৈকক, যেল্লি, থবো-থাবীকথা অনৌ অপেৎ পুন্নমক অবাংবীগী শরুক যাওই। ফাবকপা ঙাশিংদগী অবাংবীনা অপাম্বা থনখিবদা থোইবনা নোংমতসু অশাওবা উৎখিদে। শাওবদি লাইবদুনা মোমেন নোক্নগা হায় "অবাংবী নঙসি চাবা-থকপা কান্মী। ঐদি নঙগী চাকচাদু পামদেবু ।"

অরাংবীবু চাউনবা য়োকপদা ঙা অমসুং চাক্লা মপূং ওইজরবসু মাগী মতৌদা থোইবনা পেন্দবা লৈদুনসু অবাংবীগী অপাম্বদদি য়েৎলুদ্রে। অদুবু মবক মবক্তা

অবাংবীনা থোইবগী তুঙ্গোলদগী হৈদোকপদা ঙাইবিবা ঙা মবক্তগী পোরোম অচৌবা নথত্রগা শমজেৎ হুই লোনবা ফ্রঙ ফ্রঙ চোংবদু পাক লাক্লগা চাবা উবদা থোইবনা "অবাংবী নঙগী লমচৎতু ফজবা নত্তে" হায়বগা য়েংদুনা লৈখি।

অবাংবী নোংমা নোংমগী চাউখৎলক্লে। থোইবনা পীজবগী মতীক নোয় পেল্লি। থোইবনা ঙা-তাল্লবগী কাবকপা। উবগা মাগী মমৈ পুম্থুম লাউবদু হায়বদুনা ঙ্যাও খোংলগা থোইববু ওকচৈ। নুমিদাংদা থোইবনা ফুমথক্কী পোঙশঙ মনুঙদা মখোযনীগী চানবা থোং-থাক্লিবদু চামিন্নবগা মৈনাক্তুদা থোইবগী মখোঙদা ঙাথবগা অবাংবীনা তুমজে। থোইবনা লোক্তাক্কী ঈচীক হুন্নবা অহীং কযাদা ৱাখলগী অহাঙবা মীকৃপ্তা অবাংবীবু নানবীবদুনা হায়খি- "অবাংবী। ঐগীদি নঙ নত্তনা তাইবংসিদা কনা লৈজদে।" থোইবনা নুপাগী মতৌ মান্দনা মমীৎতা ঈবা চেল্লদুনা অহাঙবা অতিযাদা চীক্লা ঙাল্লিবা থাজবু চিংনা যেংলগা হায়খি— "মীবমলেনসিদা ওইজথিবা মখোযশিংদো ঐগীদি যেক্লবনি। মিনুংসি খঙবা নহাক অমত্তং ফংজবনা নুংশি খঙদবা তাইবঙমী কযাদগী হেন্না ফৈ অবাংবী।"

থোইবগী মমীত্তগী চেম্থবকপা পিবাংনা খজাই অনিদা মযেক লাবা লৈই অমা ঈখেংনা চিংবগুম উই চাক্লিবা মৈঙান্দা, মহাক্লা বেডী অমা চিংলগা মশাগী খাঙঙমদবা মৈচাক মুৎনবা হোৎনৈ। থাবন্দা পাইবিবা থাবোইচাবী শঙ্খু শঙ্খুগী মাযকৈ যেংলদুনা থোইবনা মখা তাবকই— "ঐগী ইমাদো, ঐগী মবমগীদমক মনুং মতম চাদনা নোঙ্গাখিবনি অবাংবী। নঙ খঙলেদনা লৈশাবীনা অঙাং উনবা মীবমলেনসিদা কবি হাযনৈ? ওক্তবী, লমচৎ নাইদবী, মীনা তুক্কৎচনববী।"

থোইবগী ফুনগৎলক্লিবা চবমদগী অশাবা শোব অমতং শাংনা হোন্দোক্লন্নগা চেম্থবক্লিবা পিবাংদু তৈথোক্লদুনা অমুক হায়বকখি "ইমাদো, ঐগী ইমাদো ওক্তবী, লমচৎ লাইদবী অমদি নৎখিদে অবাংবী। তমথীববা মীবমলেনসিগী শাবমচৎ চৎপা নুপা অমগী কবামচাওবা মবমচৎনা ইমাবু ওক্তবী ওইহনখি। মীযামলক্তা তিলহনখিদে অবাংবী। লাইববী ইমানা লোক্তাক খোংবান্দা যেলাং, কেঙোই থিবমদ্রবা, লৈত লাইবগী মৈশা লাংলমদ্রবদি তমথীববা শা অদুনা ইমাগী সতীত্ব অদু মাঙহন্নন্নোই। লৈশা লৈশানা নাউ পুবগী ইকাইবদু খাঙলমলোইদবনি অবাংবী। খাঙলন্নোইদবনি।" থোইবনা ঙহাক লেপ্পুবগা মখা তাবকখি— "মবান লৈজদ্রবী

ইমাবু ইকাযবা নংহল্লমল্লগা চেনখ্রবা, মচাবু ইচানি হায়খিদ্রবা, শেনপাযববা ফুবাল্লাগী মখোঙ অনি পানবা শা অদো হাৎত্রি-মখৈ ঐহাক মীবমলেন্দা তিলখ্রবোই বাশক্লুনা লোক্তাক ইমাগী মশাইগোন্দা লৈবিবনি অবাংবী ! লৈবিবনি। মতম অমদা ইমানা ঐবু চাওনবা যোকপদা খাঙলমগদবা অরা মৈশা অদো মদুগী লমন, মদুগী লমন চপচানা শিংখিগনি অবাংবী। চপ চানা শিংখিগনি।"

থোইবনা ঙাঙলিবা পুন্নমক্তো অবাংবী তাববা তাদববা খঙদে মখোঙ মযাদা কুন্দুনা অদুমক লৈ। নোংঙানবদগী লোক্তাক ঈয়াই কুমদুনা শিল্লংলুবগী চোকথববা মশাদো হৌজিক খঙহৌদনা তেকখৎলক্লে। থোইবগী হকচাংদা চেল্লিবা শিংলীগী ঈ খুদিংমক শাগৎলক্লে। ঈচীক হুল্লবা অহিং অদুদা থোইবগী মীত্তি তূন্নীংবগী মহুত্তা ঈখেংগুম্না ঙাঙশিল্লক্লি। পোৎথাবা যাদনা লেনখি।

লোক্তাক ঙাথিবা কুন্নকপা মীশিংনা হাযনবদি থোইবগী মমাগী মবী-মতা ফূবালা পন্দোল লৈকাইদা লৈ। থোইবনা ষনশেন ষন ঙাকপা ঙন্নকপা ফাওবা মমা পোকপা মপুবোক্লা যোক্লকখি। মাগী মমাগী পোকমিন্নবা মাম্মনা মযুম পাল্লবদা মৌদুগী মীওক মীচান লোযনবা নুংঙাইবক্তদুনা মমা মচা তোখাইনা লৈবম্মী। মবাইবক থীদুনা মমা মতমচাদনা লৈখিদ্রবদা মতম খবা মপুবোক অমসুং মাম্মগা লৈমিন্নবম্মী। নোংমা লৈকাই ষনশেনলেং থোকপদা থোইবনা ষন অমা মাঙহনখ্রে হাযদুনা মবাল শীজিল্লগা থোইববু মাগী মাম্মনা হকথি থোক্লা ফূবিখি। ফূবগা তোক্লবদি ফৈ; অদুদগী হেন্না মাবু মযুমদগী তম্থোকপিবকখি। নুমিৎতুদগী হৌনা থোইবা লোক্তাক খোঙনুংদা লৈবকখিবনি।

লোক্তাক লু-থুম্বী, লাংযানবী নুপীশিংনা ঙাঙনবদা থোইবগী মমাগী মবম হংনবম্মী। মখোযনা চহি খবদি থোইবা মমা মচাগী রাবীদা অরা-পোৎথানখি। থৌদোক্তু হাযফেৎ খঙহৌবা খবনা অচুম্বা শাদুনা তমথি— "থোইবগী মমানা কুম-থা লেপখিদুনা মশাগী ইজ্জৎ মাঙবা তাবক্লবদা মহাক ইকাই ইকি থাদোক্লুনা নুপা অদুগী মশক তাকখি।"

"নুপাদুদি কনা ওইবম্মী?" রাবী তাবীবিশিংগী মবক্তগী অমনা হংলকখি— "তৌঙম্বদো মক কোকথোক্লগা শুনু-যাইঙং তৈবগা খুঙ্গোইনদৌনিনে ।"

"কনা ওইনি ফুব্বালাগী তোল্লমুনিদনা। মানদি ইনাক খুনবা মীনিনা লমকেৎ লমহাইদুনা মীগী চনু নিঙোল অমবু নম-হাদুনা ইজ্জৎ মাঙহল্লগা ঐদি খঙদে হাযদুনা চেনখ্রে।"

"তৌ ঙম্মিদা মহা চণ্ডান্দো, কুমসি লাইচত্তা শিবদি কলক পেন্দৌনি।" ৱাবী তাবিবী অমনা অশাওবগা লোযননা হায়বকখি "অদৈ মখাদি কমদৌখ্রে?"

"কমদৌনি"? ইনাকখুনবগী মীচংদা পুন্নমক লেপখিবসি ঙাইদনা। লাইরব্বা ফৈজাও মপা মচাগী অচুম্বৈ ফীবাল শেনগী কৈথেন্দা তেক্কুনা তাখি। অদুদৈ লৈকাই ৱাবী ওইনদুনা লোক্তাক ঈশা মাপনমক থোইবগী মমাবু খঙদবা যাওখিদ্রে। মমৈথংদা তোল্লমু মপা মচাসু ইম্ফলদা হিঙ্গোল অমা লৈবগা হোঙ্গথখি। হৌজিক কমদৌবিদনো খঙদ্রে।"

"হোয চহী মঙা তবাতদি নৎলকত্রে, মানা পোক্লম্বা মচা ফাওবা পাখং যঙ-যঙ ফাবক্রেদনা।" লাংযানবীশিংদো থোইবগী ৱাবীদা মতম লেনখি।

থা তবেৎকি মতুং থোইবগী ফূমথক্তা যুম শঙলিবা অবাংবীবু লোক্তাক ঙাথিবা কনাগুম্বনা উকবদা মপুক্লিং তুচুংদবা যাওবকত্রে। থোইবগী অবাংবী ঙসিদি শাবেপ ফাবক্রে, মকোইনে, মমিৎনে, কুচুনে যেংবদা ইথক থক্কৎহল্লে। থোইবনা মাবু যোকচবগী কান্নজবা ফংলবসু লোক্তাক তাবা মীযাম্নদি থেংনা --থেংনবা হাযনৈ। "থোইবসে লাই শান্নবে।" কনাগুম্বনা হায— "থোইবদি মীগা মরুপ শান্নবগী মহুত্তা শা-উচেক্কা ওই।"

লমতাগী পানখৎলকপা, লোক্তাক্কী নুশিৎ ঙাওবিঙৈ তাঙ্গাদা অহল অমনা থোইবদা পাউ তম্লে— 'ইবুংঙো। নপুবোক ফৈজাওদু থৌবাং লোইবে। নঙ তাদবনবা নশক উদেনে ইপনবো ।"

অঙাওবা নুংশিৎকী মাযোক্তা মশাগী হিনাউ মাইওন চুন্নবা হোৎনবিবা থোইবনা মপুবোক্কী অনাবা পাউ তাবদা মকোক ঙাওবম্মী। মহাক্কা অঙাওবা হিদু ফাবগা খুমখি— "ঐদি কবিমত্তা তাজহৌদ্রে ইপনধৌ। পুবোক যাববোই হাযববকো?"

"হোয়নে, অবাংগী তাদা মেরাজাউনা থৌবাং লোইবো হায়দনা পুন্নমক লোইরে। নঙ অমুক্তং উন্নহৌবদি ফৈদকো নুপা-মচা। নঙগীদমক রাজবকখিবনি মপুবোক্তো খঙদ্রে ইবুংঙো নবাইবক থীবা হায়বদুনি।"

"ইপনথৌনা তাকপিবা নুংঙাইজবে। ঙসিমক পুবোক খুবম্বা চৎচকগে ইপনথৌ।" রাহৈদুগা লোযননা থোইবা মথরাই নুংঙাইতনা মফমদুদগী হন্নকখি। মহাক্লা ফুমথক য়ৌববতুংদা পোঙশঙনুংদা চঙদুনা পোমফ্রি ফাক্রগা লৈজবা শেন খবদু মশাদা হাপচিন্নে। লোইশিন তাশিনবা যাবা পোৎ-চৈ খবা লোইশিন্নন্নগা অবাংবীনা চানবা চাক চজীক খবগা ঙা খবগা পীবদুনা হাযবকই— "অবাংবী! নঙ য়ুম শঙলমউ। ঐ পুবোক খুবমমুখিগে।"

রাহৈদু হাযবন্নগা থোইবা পহুবমদ্রে। পোঙশঙগী থোঙদু কম্বোং মনানা শাবা তেপ অদুনা ঙাকশিন্নন্নগা যুম্বালা পন্দোন লৈকাই পাংথ্রে। থোইবনা চৎখিবদু অবাংবী মবৈ হা হা তমলদুনা মমীৎ কুপ্তমখৈ যেংদুনা লৈহৌই। থোইবনা হি খবা হোন্দোক্রবা মতুংদা পোঙশঙলোমদা হন্না য়েংলগা লাইবম্মী— "অবাংবী নঙ চৎথোক্কনুকো, ঐ তন্না হন্নকনি, নঙগী মথোঙ হুক্তবদো তৌবনুকো ।" রাহৈদু হাযবন্নগা থোইবা নুশিংকী মমাঙ থানা হি হোনখি। মীৎকুপ অমগী মনুংদা থোইবগী মশক উখিদ্রে। লোক্তাক ঈমাযদা কাবিবা ঈথক্লা মাইকৈ শামখরে।

অবাংবীনা শঙলিবা থোইবগী পোঙশঙদো লমতা থাগী নুংশিৎনা হুম্বদা হাই হুন্না খাঙলি। চৈঙাক-উবোং যুংদুনসু থোইবগী ফুম ফেৎ ফেৎ হাযদুনা তাউবি। চৈঙাক মতোন নোপ্না খাঙলি।

নুংশিংকা লোয়ননা নোংচুপ অতিযাদা নোংগী মপৈ কাবক্রি। নুমিদাংরাই মতমসিদা লোক্তাকী ঈথকসু অকিবা শক্তম লৌবক্রে। ঈথক অমগী মথংদা ঈথক চামা চামনা চীংদোল মপৈগুম লেংখ্রে। অসিগুম্বা মতমদা লোক্তাক কুমগদবা কনা লৈতে তাইবঙদা। তাবমদাই নুমিংকী শক্তমসু লমজাউ লমমৈগী মৈখুনা ঈখেংগুম ঙাঙখ্রে, অকিবা শক্তম লৌখ্রে। মশক-মচু থোকখিদ্রে।

নুমিৎ তাখ্রে, অথাপ্পা চীংমাইদা লম্মৈনা পূমঙাঙ ঙাঙনা চাক্লি। অমুবা চীংজাউনা অচৌবা নুংগী মুর্ত্তি লৌদুনা অঙাংবা লৈ পরেং শিবগুম লম্মৈ পরেংনা মথাং মথাং থোক্লিবদু যেংবদা নিংথিজে। ঈমায় থক্তসু মসিগী মমি তাবি। অথেংবা

অহিংদুদা লোক্তাক ঈমাযগী লম্মৈ মমিদি তগুপ তগুপ লেঙ লেঙ চৎথলি। ঙহাক্কী মতুংদা নেমথবম্বা নুংশিৎ অমুক কনখৎলক্রে। লোক্তাক ঈমায়দা তাউবিবা কঙকুপ-কঙজাও পুন্নমক ঈথক্লা পুবদা মায়কৈ খঙদনা তাউনবক্রে। অতিয়া শুক শুনা মমখ্রে। মাইকৈ খঙদনা শীৎলক্লিবা অকনবা নুংশিৎনা লোক্তাক মথক মখা ওল্লগে মতাগুম তেমশিংনবক্রি। অসিগুম্বা নোংলৈ নুংশিৎকী শাফুদা চৈঙাক কযা ফুক্লুনা লোক্তাক্কী ফুম কযা তাউনবক্রে। থোইবগী পোঙশঙ মাযকৈ খঙদনা হুমদোকখ্রে। কম্বোং মনাগী শঙ মচাদুনা শীৎলিবা লমজাউ লম্মাঙগী শাফু খাঙবদি লাযবদুনা চৈঙাক রাশাং কয়া যুংদুনা ফাবম্বা ফুমফাওবা নাম্বোক্লুনা তাউবকখি। নোংলৈ নুংশিৎ মবক্তা থোইবগী অবাংবী পোথাফম খঙদনা ঙাওচৎনবকই। মানা মকম থুপচবম্বা পোঙশঙদু হুমদোকখিবগা লোযননা থোইবা যাউদ্রবা অহিং অদুদা মাযকৈ খঙদনা শিৎলিবা নোংলৈ নুংশিৎনা অবাংবীগী যেক্লবা ওইখি।

অকিবা ফংনা কল্লবা নুশিৎনা হুম্বদা কাবক্লিবা ঈথক্লা অমগা অমগা যৈনবদা থোকলকখিবা খোঞ্জেনসু মীপাইনিঙাই ওইবি। মবক মবক্তা মাইকৈ খঙদনা তাউবকপা ফুম কযাসু অমগা অমগা থেংজিন্নদুনা ঈপোম হৌবি। লোক্তাক ঈযাইদা যাবেক্লুনা লৈবম্বা লৈত লাইবা তাঞ্জবা মীপুম খুদিংমক অৱা পঙথৈ থেংনবে থৱাই নীক নীক লাওনবে। কনানা ইবুধৌ থাংজীং শোন্নবকই, কনানা লোক্তাক লৈমা কৌবক্রি, মা মানা থাজবা ইশ্বব নীংনবি।

ফুবালা পন্দোল লৈকাইদসু থোইবনা মপুবোক খুকুম্বা চৎখিবদু অবেম্বা ওইরে। থোইবনা যৌখিবদা মপুবোক্তি খাঞ্জেনফম যৌবল্লে। নীংবা কাযবা ৱাখলগা লোযননা মীৎলুদগী হৌবকপা পিবাং থিংবা ঙমখিদ্রে থোইবা মপুবোক্কী অৱোইবা থৱায যাওদ্রবা শক্তম অদুদা পেন্না যেংজবগা থোইবনা কপ্পদুনা হায— "পুবোক। নশুবু কনাদা শিন্নবম্বগে পুবোক। লোইবে, হন্দক মপোক্কী লোইবে ।"

মফমদুদা তিল্লিবা মী পুন্নমক মশ্ মপৃগী মতৌদা হেন্না হেন্না কপ্লখি। শিবগা কপ্পা, পোকপগীনা নোকপা মীওইবগী মবমচৎনি। কনানসু খম্বকদে, মসি পুন্নমক থোক্লববতদা নীংশিংনৈ। অৱাবগী লমন নুংঙাইবনা খুম্বা, নুংঙাইবগী মথংদা অৱাবা লাকপা অদুবু থোইবগী পুক্নিদদি অৱাবতনা মাগী শৰুক ওইবি।

অহীং চুপ্পা মপুরোক শিবগী পোৎলোইবা অমদি অতৈ থবক কযাদা থোইবা পোখাফম লৈতনা হোৎনরুবে। নোংঙাল্লবদা হৌখিবা অহীংগী নোংলৈ নুংশিত্থু নীংশিংলক্তুনা ইমুংগী তৌবা যাবা থবক তৌবন্নগা লোক্তাক কুন্নবা মাগী মাম্মদা হাযজবন্নগা থোবক্লে। ফুবালা পন্দোল লৈকাইদগী লোক্তাক খোঙবান ফাওবদু যোৎলি মখোঙ অহুল্লোম চৎলি। থোইবনা লম্বাংদু চেন্না চেন্না লাম্থোক্লকই। মহাক্না ঙবাং থাংলম্বা হিনাউ লৈফমদু যৌবদা মফমদু মশক হোংলম্লে। অহিংগী নোং-নুংশিৎতা হিথাংফমদু ফুম্না পীক থন্না পৈবম্লে। থোইবনা মাগী হি মচাদু কোযথি থিবদা নুমিৎনা রাতোন লোম্লক্লে। কাইনথংদা কঙ মবক্তা যেপশিন্দুনা লৈবম্বা থেংনবে, অদুসু থোইবনা থনম্বা মফমদুদগী লম মঙা-তবা হাইদোকপা মফমদনি। তৌবন্নিবা মতৌদুদা থোইবা অমুক্তা হেন্না চিংনবক্লে। মাগী ফুমদি পঙচাউ চাউবসু নত্তে, অদুগী মথক্তা চৈঙাক মতীকচানা ঙাকপসু নত্তে। খম্বুক্নবগী কান্নবা লৈত্রে খন্দুনা থোইবনা মাগী হিদু কঙ মবক্তগী চিংথোক্লগা ঈযায তাবা যাবা মফমদা পুথোবক্লে। অরাবদি নৌ যাওদ্রে হি থিবদা মাঙখিবা মতমদগী হেন্না নৌ থিবদসু মাঙবা তাবি। ফীভমদুদা অমুক খম্বুবা লৈতনা মনাক নকপদা থাঙলম্বা হি অমগী নৌ অমা হেক্তা রাযবগে খল্লে থোইবা। মহাক্না কোযনা যেংলকপদা হি অনী অহুমদি লৈবা উবম্মী। মহাক্না চঙশিন্দুনা নৌ অমা লৌকুবে অদুগা অহাঙবা লোক্তাক খোঙবান্দুদা লাউবম্মী— "কনাগী নৌনো ঐ অমুক্তা রাযকুগেকো ।"

কনাসু পাউখুম পীবকখিদে। মদুগী মহুত্তা মাগী খোঞ্জেল অহাঙবা ঈপাক্তুদা থেংলুবগা খোম্থোঙ যৈবদুনা মথং মথং শন্দোকখি। থোইবা হি হোল্লক্লে। ফুম অমদি কঙজাউ কযা থৈদুনা লাক্লগা মাগী ফুমশঙ লৈফম যৌবকপদা উবা ফংদ্রে। থোইবনা মাগী হিনাউদু হোন্দুনা লোক্তাক ঈপাক্তা থিবা যাবা থিবে, ফংবা ঙমদ্রে। হৌজিক্তি মহাক চোকথবক্লে। অহীং তুম্লক চাবক্তবগা লোযননা লোক্তাক পাৎনা অনৌবা শক্লোন হোংলম্বদা মাগী রাখল লৈতাফম খঙলকত্রি। খম্বু খম্বুক্নবগা থাঙঙমদবা থোইবদা নুংবঙনবা নত্তনা অতৈ আশা উবকত্রি। থোইবা কপ্লক্লে। হি হোনবা তোকখ্রে। নৌ থাদোক্লে। নীংঙমদ্রবা থম্মোযনুংগী মৈচাক্না অহাঙবা ঈয়াযদুদা মমা কৌদুনা কপ্লক্লে। লাইওইখ্রবা মমাবু নোংমতসু কৌদুনা তেংথাখিদবনি থোইবা। অদু ঙসিদি চহী কযাগী তুংদা মমাবু নীংশিংদবা ঙমখিদ্রে।

মহাক্লা হায়বকই— "ইমা। নঙনা পোকপিবমদুনা নচাদি কয়াদা বাববা? নঙদি অবাবা পুন্নমক কোকখ্রে। মীনোক মীশা লৈত্রে, চীক্লবা মফমদুদা নচাবুসু পুবিবোনে ইমা।"

কপ্পমখৈ কপ্পুবগা থোইবা কবি খল্লক্লবনো কপ্পা তোকখ্রে। হিনুংদা ফল্লম্বদগী লেপখৎলক্রে। মমীৎতু লোক্তাক ঈমায়দা শংত্রিক য়েংলগা হাযবকই— "হে লোক্তাক ইমাশকপী। নতম্বাক্তা চাউজবকপা নচানি। চহী কযা নঙগী নকম থুপ্পা হিংজবকপনি। ঙসিদি নচাগী হিংনবগী পাম্বৈ লৈত্রে, নচাবু ঈবোন্নুংদা লৌশিনবিবোনে ইমা ।"

রাহৈ খবসি হাযবল্লগা থোইবনা লোক্তাক ঈরোন্নুংদা চোংথদুনা মথরায কচ্চবগে তেমশিংলকখি। খৃদক্তুমক্তদা অথাপ্পদগী হীরোই অনীখক মাগী মাগী হিদু ঙমজবা থাক্তা হোল্লদুনা থোইবগী মনাক তন্না হোঞ্জিল্লকই। মখোযনা হিনাউ শাবগা লোযননা নৌ হোৎনা হোৎনা অথাপ্পদগী লাউবকখি - "হো হিনুংদা লেপ্লিবা নুপামচা নঙবু তাব্রো? নৌ পাযখৎলু, লোক্তাক থাদোক্তুনা নথরায হিংনবা চেনখ্রো।"

ওইথোক্তবা খোঞ্জেলদু তাবদা থোইবা শিবগে তেমশিংলম্বদু চঙক্লদুনা লেপখি। মাগী মাঙ ওইবপ্পা লাং যাল্লুববা, লু কাইকববা নুপা অনীনা মাগী মাগী হিদু যাঙনা হোল্লগা লাক্লিবদু উরে। মখোযনা নকশিল্লকপগা লোযননা হাযবকই— "নত্তে, নঙবু ঐখোযনা হাযবিবসি তাদ্রো? হিদু হোনগৎখ্রো।" অতোপ্পা নুপাদুনা অমুক মখা তাবকখি— "অচুম্বনি নুপামচা হিদু হোনগৎলো।"

"ইযাম্বখোয কবি খুদোংথীবা থোক্লবগে?" থোইবনা নুপা অনীদুদা হংখি। মখোযনা শোব থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা খুম্লকখি— "রা মখা লৈতে, মেবাজাউ শিবে। লোক্তাক কৃম্বা যাদ্রে।"

হীরোইশিংদুগী ওইথোক্তবা পাউখুম তাবদা থোইবগী চিংনবা হেনগৎলকখি। মহাক্লা অসুক কুইনা লৈবকপদা লোক্তাক্তা মীশি মীনা থোকই হাযবসি তাবকখিদ্রি। অদুবু ঙসি অঙকপা পাউ অসি তাবদা থোইবা মবম খঙনীংলকই। মহাক্লা মখা তাখি— "কবন্না শিবিবনো ইযাম্বা? মবম অমুক্তা তাকপিবম্মো।"

"কোয়দুনা কান্নদে, নৌদু পাযয়ু। মেবাজাউ লু কাইবা চৎপদা ফুমথক্তগী শানা শোক্তুনা শিহৌবে।"

ৰাহৈ অদু হায়বন্নগা নুপা অনীদু থোইববু ঙাইবমদনা খুনযা পাংনা হি হোনগৎখ্রে। ঙা ফাবশিংদুগী মপাউ তাবদা থোইবগী ৰাখন্দা অহোংবা অমা লাকখি। মহাক্না পাইবক্কী নৌশিং অমদগী খল্লকই মহাক্না কবিগুম্বা লোক্তাক ঈরোন্নুংদা চোংথদুনা শিবা থোক্রবদি শোয়দনা মীযান্না খঙনবনি। মহাক্কী হুকচাংনা পুমদুনা ঈমায়দা তাউখৎলক্কনি। মতমদুদা মাগী মিংচৎ থীবতা নত্তনা মবী মতাশিংদসু অপনবা ওইগনি। অদুগী শকক্তি লোক্তাক্কী মী চাবা শা অদুদা মশাবু পীজথোকখিবনা পুন্নমক্তগী হেন্না ফৈ হাযনা খল্লদুনা থোইবা নুপা অনীদুনা হি হোল্লকখিবা মাযকৈ অদোমদা মাগী হিনাউদু হোঞ্জিনখ্রে। থম্মোযগী চপয়ুংবা ৰাখন্না লমজিংদুনা চিংনবা নৈতনা চঙশিল্লবা থোইবনা ঙহাক্কী মতুংদা মাগী মাঙখ্রবা ফুমদু উবা ফংলে। অযুক চুপ্না থিবদা খঙখিদ্রবা মাগী ফুন্না ইবায লাযনা নৈবম্বদু উবদা থোইবা ঙমখৈ নৈতনা নুংঙাইবম্মী। অদুবু মাগী ফুমদা নৈহৌবা কম্বোং মনাগী পোঙশঙ যাওবমদ্রে, ফুমগী মশক পুন্নমক হোংলন্নে।

থোইবনা ফুমদুগী মনাক নকশিল্লকপগা লোযননা ফুমথক্তুগী ওইবল্লিবা ফীভমশিং উবকই। হিদগী কাখৎলগা যেংলকপদা অবাংবীনা তৌবল্লিবা যেংহৈদ্রবা দৃশ্যদু উবকই। অবাংবীনা মী হাৎলে। মীগী শদোং চাবে। থোইবনা মাবু চাউনবা যোক্লকপদা নোংমতসু অসিগুম্বা শক্তম উখিদ্রি, থোকখিদ্রি। অদুবু ঙসিদি অবাংবী মহৌশাগী থোইবগী অবাংবীদু ওইবমদ্রে।

অশাওবনা থুম্নাৎলবা থোইবনা মখুত্তা নৌ পাযদুনা অবাংবীবু ফুবগে চেনশিনখি। থোইবনা "অবাংবী। মাঙলেদনা অবাংবী।" হাযদুনা লাউবগা চেনশিল্লকপদু উবদা অবাংবী কিখিবনা মশাদু তুফম তুফাই চেনবগী মতৌদা অশোকপা নুপাদু থাদোক্লগা চেনখিবম্মী। থোইবনা অশোকপা নুপাদু খুদক্তা হোৎনবা যাবা খবা হোৎনবগা থৱায কন্নবা পাম্বৈ থিখি। মতমদুফাওবা নুপাদু থৱাযমক্তি লাল্লমদ্রি। থোইবনা শেৎলিবা খূদৈগী ফীবুমদু শেগাক শেগাযবগা নুপাদুগী অশোকপা মফমশিংদা পুনশিল্লি। মহাক্না ঈ খৱবা মনাক নকপদা হৌবা তেবা পাইবী মনা খুবাম অমা হেক্লগা নৈখাযকগা থোমজিল্লি। পাখৎপদগী ৰাম্বরুববা

অমদি অবাংবীনা শোকপগী চৈনাখোল ফংলবা নুপাদু থোইবনা কন্না হোৎনবদগী তপ্না তপ্না শোব হোল্লকখি। মহাক্না জ্ঞান লাকপগা লোয়ননা "ঈশিং খিত্তা থক্কে" হায়না থোইবগী মফমদা য়াম্না শোন্না হায়বকখি। নুপাদুগী বাহৈ তাবদা পম্বমদনা থোইবা ঈশিং পীথক্লবা হোৎনখি।

থোইবনা হোৎনবা যাবা হোৎনববা মতুংদা নুপাদু অশোকপগী চৈনাখোন খাঙবদা নাহেবা হৌবকখি। মতমদুদা থোইবনা মাগী অবাংবীবু হন্না হন্না পেন্দবা ফোঙদোক্লদুনা হাযবকখি— "অবাংবী। নঙ মী শোক্লবকো? নঙনা মী হাৎপা পাম্লবদি ঐবুসু হাৎলো, অবাংবী ঐবুসু হাৎলো।"

মাযকৈ খুদিংদা নীংবা কাযবতনা খুদুম চনখ্রবা থোইবা, মাগী মাঙলুববা ফুম ফংদুনসু ওইবন্নিবা মতৌসিদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা ঙাওচৎনবক্লে। মতোমতা মূরুম মূরুম শোল্লক্লে। অবাংবীনা লোৎখিবা মফম কোইথি থিবক্লে। যেংহৈদ্রবা লোক্তাক্কী দৃশ্যদু উনিংদ্রদুনা অতিযাদা থোক্লম্বা কোরৌহন্নবসু থাংজিং চীংজাওগী মকমদা লৈথবক্লে। অহীং চুপ্পা থোইবদি অশোকপা মীদু লাইকন্নবা হোৎনবি। অথাপ্পা ফূমগী চিদাইদা হৌবিবা কম্বোং মবক্তা অবাংবীসু থোইববু কিবনা তুম্নিন লোৎতুনা লৈবি। নোংঙাল্লমদাই যৌবক্লবদা লোক্তাক খোঙবানগী খুনযা পাংবদা মৈ পবেং পবেং লেংলকপা থোইবনা লোক্তাক খোঙনুংদগী উবকখি। নোং ঙাম্থোবকপগা লোযননা লোক্তাক ঈপাক মীগী মী ঙাক্তা ঙাযবক্লে। অথেঙবা অহীংদা উখিবা মৈবা পূন্নমক থোইবগী ফুম্বু কোযশিনবা খুঞ্জা মীযামগী ওইবন্লে। হিশিং অদুনা থোইবগী ফুমদা নকশিল্লকপগা লোযননা মীনিল তাবা হেনগৎলকই। লোযননা মখোয মশেল অমগা অমগা ঙাঙনবা শীৎলিবা নুংশিৎকা ইবোযননা তাবা ফংলকই— "লৈবাকমচাশা, মাযকৈ পুম্বা চেকশিন্না শেন্নহৌবো।"

অমনা অমুক লাউবকই— "ইশা ইশানা ঙাক্লিবা মাযকৈদা ফুম যৌদ্রিফাওবা মায ওনবিগনু।"

অতোপ্পা নুপা অমা লাউবকই— "মীযাম পূন্নমক ফুম শোকপিখিগনু। মেবাজাউগী হকচাং কদাইদা লৈবগে হান্না খঙদোকখিসি।" মহাক্না মখা তাবকখি— "খুৎলাই হান্না থাবিখিগনো, শাগী শামায যেংখিসে।"

চঙশিল্লক্রিবা মীয়ান্নি মা-মানা থোকপা লাউনবকই। শক্কা-শক্কা উনবক্রবা মতমদুদা থোইববু খঙবা মীশিংনা হায়নবকই— "আদা লৈরিবসিদি পন্দোল লৈকাইগী থোইবা মাল্লি। মানা কবিমতা তৌদ্রগা, মেবাজাউতা কমদৌনা শোক্লিবা?" মীযাম মবক্তা মখল মখাগী ৱাহং পাউখুম থোক্লবকখি।

মেবাজাওউবু শেন্নবম্বা থোইবনা মাবু কোয়শিল্লক্লিবা মীয়ামদু উবদা মপুক্লিংদা ৱাখল ফত্তবা কযা খনবা হৌবকখি। মীযামদুগী মখুত্তা মশা মশাগা চানবা খুৎলাই পাযনবি। অদুগী মথক্তা লাল হৌবগী মতাগুম মমীৎ ঈ কাদুনা থেংনবা অমা লোইশিল্লগে হাযবগী অশীংনবা নহা কযাসু যাওবি। মখোযগী মবক্তা অমনা অমবু খম্বা যাদনা অশাওবা ফোঙদোক্লবা কযানি।

অবাংবীনা তৌবন্নিবা শাবমচৎকী থবক অদুনা মীযামগী থম্মোযদা অশাওবগা লোযননা হৌবক্লিবনি হাযবা থোইবনা খঙজবকই। খুনগী মীযান্না অমত্তা ওইনা হৌবক্লিবদু থোইবগী মপাঙ্গল মবৌশিংনা নেমথহনবা ঙমগনি নীংলকত্রে। অদুমকপু হাযনবা যাবা খবা হাযনদুনা যেংহৌদ্রবদি মতুংদা কবি থোক্লগদবা খঙবা ঙমদ্রে। মহাক্কা মেবাজাউগী নাক্তা ফম্লমবদগী লেপখৎলদুনা লাউবকই— "ইপা ইতোন পূন্নমক। ঐগী অবাংবী কৈদৌদে মযাম চিংনবিগনো।"

থোইবগী ৱাদু খুঞ্জাশিংনা তাবিদ্রে। মদুগী মহুত্তা অহোযননা "ফূমথক্তা লৈবিবা হাবুঙ খবদু চেকশিন্না শেন্নৌ, শা নাম্থোকখিগনি" হাযনা মীযাম হৃপচিল্লক্লি।

"ইযাম্বা পূন্নমক, ঐ খুবমজবি। ঐগী অবাংবীদা তাইনগদবা পূন্নমক ঐঙোন্দা তাইনবিযু। অশোকপসি মিপাইনিঙাই ওইদ্রি, মযাম পূন্নমক তপথবিখো।"

অমনা ঙাঙবা অমনা তাদে। মীযামগী নিল-থোংবদা লোক্তাক খোঙনুংদু পূম্নিল নিল্লি। থোইবনা হাযজক্ববা পূন্নমক অবেম্বদা তাবগুম্না থোক্লে। অহল অমনীনদি মহাক্কা হাযবিবদু তাখিসি হাযনা খাম্বসু যাওই, অদুবু অশাওবনা থুম্লৎলবা মীযান্না খাল্লিবদু তাবিখিদ্রে। ফূম যৌশিল্লকখিবা খবনা মেবাজাউবু উবদা লাউবকখি— "মেবাজাউগী অশিবা হকচাং আদা তাদুনা লৈবে।"

"শিবা নত্তে চুম্না খবদং শোকপনি। মদুগী চৈনাখোন্দা হীপ্লিবনি" হাযনা থোইবনা পাউখুম পীবা হোৎনজে। মেবাজাউসু মীয়ামগী মীনিল তাবদা মশাদু

ভ্তান খবা খবা লাকপগুম তৌবি। অদুবু মহাক্না থোকখ্রিবা থৌদোক্তুগী মবীদা হৌবক্লিবা মীযামদুবু তেমশিনবদি ঙমদ্রে।

মীযাম্না কোযশিল্লকপদা অবাংবীদু নাবক্তা লোৎলম্বদগী মঙক থাঙ্গত্তুনা কোযনা কোযনা যেংলকখি। কম্বোং মনাগী হুমদোকখ্রবা পোঙশঙ অতেকপা মখাদা চেকশিন্না লোৎলিবা অবাংবীনা মখূৎতা খুৎলাই পাযববা মীযামদুবু কবিসু কিখিদে। হৌজিক্তি থোইবনা মাগী মনাক্তা লেপ্লবনিনা চঙলকপা খুদিং মাযোক্লগনি হাযবগী মতাগুম মমীৎ কুপ্পনা যেংদুনা লৈবি।

থোইবগী ফূমদা চঙশিল্লক্লিবা মীযাম মবক্তুগী মথৌনা লৈবা নুপা খবা মেবাজাউগী নাক্তা চঙশিল্লকখি। মখোযনা মেবাজাউনা ওইরম্লিবা ফীভম যেংলগা অতোপ্পা মফম অমদা পুদুনা লাযেংনবা হোৎনখি। মবক অসিদা মীযাম্না থোইবগী অবাংবীবু লোক্তাক পাণ্ডা অমুক থমদনবা হাযবকখি— “নুপামচা, নঙনা তৌবিবসি লাল্লি। নঙগী শা অদু হৌজিকমক মীযামগী খুত্তা শিন্নৌ।”

“মদুতদি হাযবিগনু ইযাম্বা ইপা শরুবা পূম্নমক। ঐহাক মাবু মতিক চাবা ব্রাবকচগে হন্দক্কী মতাঙ অসিতদি ঙাকপিযু।”

“মদু যাবোই, মদু যাবোই।” মীযামগী খোল্লাউনা অমত্তা ওইনা লাউশিল্লকখি। “মীগা শাগা লৈমিন্নবা ওইথোক্তে।”

“ঙসিনা অহৌবনে, মতুংসিদা লোক্তাক কুম্বা মী খুদিংমক নোংমা নোংমগী খুদোংথীবা থোক্লককনি, খুঞ্জা মীযাম হৌবিঙৈদা লোইশিল্লসে।”

“লোইশিল্লসে, লোইশিল্লসে।” মীযাম পূম্নমক চপ মান্ননা লাউনবকখি।

“অমুক্তা ঙাইবিখো, অমুক্তা তপথবিখো, ইপাচা পূম্নমক ঐগী অবাংবী শাহিং চাবা শা নত্তে। মীবোল তাববা য়ুমদা যোকচবা হৌদোঙনি। মপূক লাম্বদগী নত্তবা কাবল চৎলম্বনি, হৌজিক্তি ঐনা শোযদনবা যেংশিঞ্জবগে  ।”

থোইবনা হাযজবিবা পূম্নমক মীযামদুনা তাবিখিদ্রে। মদুগী ওন্ন তৈনবদা নহা অমনা অবাংবীবু হেক উবগা মখূত্তগী লাংশোয অদু লংদুনা মথব্রায লৌনবা তেমশিংলক্রে। নুপাদুনা খুৎলাই থাবকপা উবদা থোইবা পাখৎপগা লোযননা অবাংবীগী লৈফমদা চেনশিনখি। খুদক অদুদা তিল্লিবা মীযাম্না “সিদা লৈবে,

সিদা লৈরে। লৈবাক মচাশা লাইরক্কনো" হায়দুনা হুপচিল্লকখি। মাগী মাগী খুৎলাই অরাংবী তন্না লংশিল্লকখি।

মীযামগী খুৎলাই খান্নবা থোইব্না মখুৎ থাঙ্গৎতু অমসুং মখৌনাউ তাবমখৈ খামজববসু মাবু চানবিবা খুঞ্জা থোক্লকখিদ্রে। মদুগী ওন্নবদা অরাংবী তন্নকপা খুৎলাইনা পান্দুনা থোইবা নারক্তা লোংনা অখ্রে। চিবা মীৎকুপ অদুদা থোইব্না লাউরম্মী "অরাংবী। ঐগী অবাংবী শোকপিগনু। অবাংবী। নঙ কবিসু শোক্তেকো অবাংবী।"

শাগী মঙ্গৎতা মীদা খুৎলাই পান্নবদা মীযামদু ওহ্যক খুৎলাই থাবা লেপ্লখি। কনাগুম্বা অহল ওইববা খবনা থোইবগী মথরায কন্নবা লাউবকখি "লৈবাক মচাশা, মী অমগীদমক মী অমা শিহ্নবা হৌনদে, থরায পানবা মশেন্নে অমুক্তা তপথখো ।"

মখোযনা মীনুংশি পোকপা রাহে অসে হৌজিক্তা ফনা লাউদুনসু, থোইবদি নীংশিংবা থোক্তনা যাতাখ্রে। অহীং চাবক তুন্নকত্রবা চোকথববা মাগী মশানা কযা কুইনা খাঙদুনা লৈবা ঙমগনি। মপী মপা লৈজদ্রবা পিদোল্লবা থোইবগী হকচাংনা ফুমথক্তা লোংনা তাববদা অবাংবী চেনশিল্লক্তুনা থোইবগী মনাক্তা লেপ্লে। মমীৎ অনীদা ঈবা চেল্লদুনা মাবু মতম কুইনা নাউয়োকপিবকপনি হাযবগী মতাগুম থোইবগী মখোঙ খুযাদা লেক্তুনা কুল্লখি।

মখোয় অনীগী নুংশিববা মতৌদো শাহিং চাবা শাদগী হেন্না তমথীববা মীযামদুনা খঙবা ঙমখিদ্রে। মদুগী ওন্নবদা মীযামদুনা অবাংবীবু তমথীবা মওঙদা লাংশোইনা থিন্দুনা উতুপ্না থোমদুনা লোইশিনখ্রে। "অচুম অবানগী রাযেন্দি লাইবৈবাক্তা তাইবঙ মপুনা শোযদনা লেপ্লমগনি" হাযনা অহল ওইববা খুঞ্জা খবদি নীংঙমদবা ফোঙদোক্তুনা মুকম মুকম শোল্লম্মী।

নোংমদোন অতিযাদা খঙহৌদনা অমংবা নোংনা পুমকুপ কুপশিনখ্রে। হান্নগী মখাক লেমহৌবগুম লোক্তাক ঈমাযদা অকন্নবা নোংলৈ নুংশিৎ অমুক ঈহৌবক্রে। নোংনা ঝাম ঝাম চুথবক্রে। মপূ লৈত্রবা থোইবগী হিনাউদু লোক্তাকী ঈথক্লা পুদুনা অসুম অসুম তাউবম্বদগী ঈশিংনা মপূক লুম্নক্তুনা তপ্না তপ্না ঈবোন্নুংদা লুপথখিবম্মী।

।।২২ মার্চ ১৯৮৬।।

# নীংখায়রবা ফূরা

অমুতোম্বীগী লৈজবা মবল মথুম পূন্নমক সবকাবগী পিওন নৎত্রগা চম্প্রাসিগী ফম অমত্তং ফংনবা হোৎনবদা পূমতাক তাকখ্রে। অমুতোম্বীনা তিন্নরুবা শঙ্গী মতুংইন্না মহাক লৌ ইংখোল শূদুনা পুন্সি লেনবা পান্নকত্রি; অবাংবা থাক্কী থবক ফংজদ্রবসু মশাগী চুনবা ক্লাস ফাইভ সিঙ্গনা তৌবা যাবা সবকাবগী তলব চাবা থবক অমত্তদি পামজৈ। মহাক্না যান্নমক পামজবা থবকসি সবকারগী লোযশঙ অমগী চৌকিদাব ওইবনি। কনাগুম্বা চৌকিদাবদি যুম ফংঙি, নাতে চাববদি অহাঙবা লোযশঙগী লম মচী মচীদা লৌ উদুনা নৎত্রগা মনা মশীং থাবগা মতম মতমগী চানবা চিঙ্গাক ফংবা ঙম্মী। অসিগুম্বা খুদোংচাবসি পামজবদগী মাগী অহল লমন্না থম্বিবম্বা লৌ শঙম অহুম যোন্দুনা ৰাচৎ ৰানোমজে। মদুনসু কান্নবা ফংলকত্রবদা মমৈদা অমুতোম্বীখোযগী কেন্দ্রদা মীযামগী মীহুৎ ওইনা কাখিবা এম এল এ চাউথোইদা চঙজখি। ভোৎ ময়াদা অমুতোম্বীনা চাউথোইগীদমক অঙম্বা থৌদাং যাজখি। লাইবক ফন্দুনা হোৎনজবগী মায পাক্রে। মাগী থবক্তু ফংহনবিবগদ্রা খল্লি অমুতোম্বী। অদুবু চাউথোইনা ভোৎ কাখিবগা মন্ত্রী ওইনবগী লাল্লক্তা অমুথোইবু নীংশিংখিদ্রে। চাউথোই মন্ত্রী ফম ফংহৌদ্রবসু মন্ত্রীগী খূৎচাবা এম এল-এ দি ওইখি।

নোংমা অযুক অমা অমুতোম্বী ইংখোন্দা পানবা খোংদ্রুম ফজবা অমা পুরদুনা এম এল এ চাউথোইগীদা চৎলি। লেঙখৎত্রি হায়দুনা ফনা কুইনা মখা শঙোযদা ফমদুনা ঙইজরে। হৌখিবা অহীংদু চাউথোই মন্ত্রী থবগা সবকাব কাযগাদবগী

শরৌদগী কন্নবা অচীকপা ৱা তান্নখি। অথেঙবদা অঙাঙবা মহীগী নোং অমসুং অহাও অথুমদা লূপল্লবগা তুমথখিবনি, মঙ ফাওবা মঙলমগনি নীংদে।

পুং মাপল খবা হেল্লকপদদি চাউথোইগী ইমুংদু মীনা ক্রকি ক্রীক ইন্নবক্রে। কনানা হায় সবকাব কাযগদৌৱে তাদুনা এম-এল-এ দগী পাউ লৌবা লাকচবিবনি। কনা অমনসু মচাগী থবক্কীদমক চঙখিবা শেনফমদু থবক মঙ্গোল ওইদ্রবনিনা লৌথোকচগে লাক্লিবনি। কনাগুম্বা খবনা মখোযগী থবক চাউথোইগী মপান্দগী মায পাকচবে হাযদুনা অথেনপোৎ পীজবা লাকখি। মবম তিন্নদে অমসুং মীশক তিন্নদে। অমুতোম্বীনা খল্লি, চাউথোইনা এম এল এ. ওইবদা অসি যৌববসিনা কবিগুম্বা মন্ত্রী ওইবল্লবদি কমদৌনি। লৈবাকসিগী চৎনবী মওং হোংলল্লগনি।

ঙহাক লৈবগা চাউথোই লেঙখৎলে হকচাং শেংদোক্লি হাযবা অমুতোম্বীনা মাগী ইমুং মনুংদগী খঙলে। অমুতোম্বীদি চাউথোইগী ইমুংদা অনৌবা নত্রে। ইলেক্সনগী মতমদগী মাবু মশক মুন্না খঙনববনি। অদুগীসু মথক্তা মানা পুরকপা খোংদ্রুমদু চাউথোইগী ইবেম্মদা কচ্চকঙে মাবুদি তবান্না তৌবকখ্রবনি। মীযামদগী ইহান হান্না চাউথোইগা উন্ননবগীদমক অমুতোম্বী কৌশিল্লকই। অমুতোম্বী খুদক্তা হ্রাও হ্রাও চঙজবদুনা চাউথোইগী মাঙদা লেপচৈ। অমুতোম্বী উবদা চাউথোইনা "অমুতোম্বী। নঙ কমদৌবি? কবি তান্নশিগে?" হবাউ হবাউ হংবিবকই।

"সাহেব। ঐ কবিগুম্বা অমতং হাযজনীংদুনা লাকচবনি।" অমুতোম্বীনা খুমজে।

"অদু নঙদি ঙহাক লৈথবা যাবিদনা? অতোপ্পা মী খবা লাক্লিবসি অমুক্তা থাদোকখিগে নঙদি ঙহাক ফমখিসি চা-নুং থকখিসি।"

এম এল এ চাউথোইনা তবান্না তৌবিবদুদা অমুতোম্বী পুমপেন পেঞ্জে। ঙসাইমখৈ ৱানা মাবু ঙাইবকপগী অৱাবা কাউখি। অমুতোম্বীনা "ফনি ঙাইজগে" হাযদুনা সোফাদা ফমথৈ। চাউথোইগী যাথং ফংলদুনা অতোপ্পা মী অনী মাগী নাক্তা চঙলকই। মখোযনা চঙলকপগা মখূৎ লোন্নে, সোফাদা ফমথৈ, ৱা হৌবকই "সাব, ঐখোযগী ৱাফমদুবু কবম তৌখ্রবগে?"

এম এল এ চাউথোইনা মশাদু তীংলি য়াঙলিবদুনা যান্না লায়না খুল্লকই "থবক্তু মঙ্গল ওইবগনি ইবুঙো। হন্দক পার্টি মনুংদা ঈবাং খবা থোকপদগী ওফিসকী চে-চাং শূবা ঙম্নরুদ্রে। নোংমা নীনিসিদা মেন তাবগনি।

"সাব, দিবেক্টরনদি ইন্টবভিউ অমুক তৌখিনি হাযবিসিবু অচুম্ববনে?" অনীদুগী মবক্তগী অমনা মখা তাবকই "হনবা তাববদি ঐখোযগীদু অৱেম্বা তাবনি।"

"ওইৱোইদবা ৱানি, মখোযনা খঙবা নত্তে। ফাইলদু মন্ত্রীগী মখূত্তা পাযশিন্দুনা লৈববনি, মদুগীদমক চিংননিঙাই লৈতে ইনাওশা।"

নূপা অনীদু এম এল এ চাউথোইগা অবোইবা ৱা ঙাঙনগনি চঙলকপনি। চাউথোইগী মাঙ যৌবদা পূমতে তেথখি। মখোয মখা তাবমদনা থোকখ্রে। অতোপ্পা নূপা অমমুক চঙলকই। হন্দক্কী মীযায চল্লবা নূপাসি হেক চঙলকপগা চাউথোইদা হাযবে 'ইবুংঙো চাউথোই। ইযাম্বা শিবে, লৈবা যাদ্রে। ইনাওনা অবোইবা ৱাফম অমা শেংদোকপিদবা যাদ্রে।"

নূপাদুনা হেক চঙলকপগা লাক্কদগুম ঙাঙলবদু চাউথোইনা মোমোন নোক্লদুনা তপ্পা খুমই— "তাইবুংঙো। কবিনো ঙসিদি যাম্না ফিংবিবকইদা? ননাওগীদা লেঙবিবক্লগা চা-নুং ফান্দনা হনবিবা যাদ্রে? লৈবাক্কী অকৃবা ৱাফম খবসু তান্নখিসি কৈদৌগে।" চাউথোইনা তেবলদগী চুকপতু নূপাদুদা লাম্লগা মৈখেৎ খেৎলদুনা মখা তাবকই— "তাইবুংঙোনা তাকপিদ্রবসু ননাও কাউজদে, ননাইশিং ইঞ্জিনিযাব খবদো যাম্না কন্না হোৎনবিবনি। হন্দক্কী থাসিদা থবক্তু শোযদনা ওবদব থোক্লক্লগনি।"

"অদুদা ইবুংঙো। নযাম্বদি লৈজবা নত্তেদো, খবদং কান্নগদ্রা খন্দুনা নূপী অঙাংগী সনা-লুপা পুন্নমক বন্ধোপ থম্বনে কাযবনে তৌদুনা হোৎনজবিবনিদো। অদুদা যৈশিন্দুনা লৈখ্রবদুদদি ইযাম্বা লৈবা যাদ্রে।" নূপাদু নেমথবক্লে, অহানবা চঙলকপদা ওইবম্বা ফীভমদু নত্রে, নে-না তানা ঙাঙনবা যাবগী মওঙ উবক্লে। মহাক্না মখা তাবকই—'ইবুংঙো। কযামুক্কী দাক যৌববা যাবগে? চাউবাক্লা খঙবিবকপ্রা?"

"তাইবুংঙো। হন্দক্তি শেল অঙাং ওইৱোইদৌবি।" চাউথোইনা চুরুপ মৈখুদু শাংনা কামথোক্লগা মখা তাবকই— "তাইবুংঙোনা হৈবিব্বদি কান্নবা যাবা মতাংনি, তৌবতবু যাম্না তোংনবগীদমক যাম্না পুথোকপদি তঙাইফদবনি। লাক্ষ অনী মখাযগী ঠিকা অসি লৌবা তাববনিনা তাইবুংঙো লৈতে হাযদুনা চেনবিবদি যাবৱোই।

মতমদুদা ননাওবুসু শিদনবা খনবিবা তাবনি।"

ৱাবীগী মতাঙ চানা কোফী য়ৌবকই। হন্দক চঙলক্লিবা নুপাসি অবাযবদি নত্তমাক্লে অমুতোম্বীনা খল্লি। মবমদি মানা কাসিগী মনুংদা ইহান হান্না চঙলক্লবসু লোয়ননা কাসিদা চঙলকখিবা মী মখল খবা থেংনশ্রবসু চাউথোইনা ব্যাবহাব তৌবসি নুপাসিদনা ইহেন হেক্লে।

নুপাদুনা কোফী থক্লদুনা চাউথোইদা পাউখুম পীবকই— "ইনাওনা নুংশিবিদুনা নযাম্বগী লৈত লাইবসি কোক্লবা তেংবাংবিবনি। ইনাও লৈবমদ্রবদি নহান্না মৈত্রবাক্তা ফৈজাও হিংলবোইদবনি।" মহাক্লা মখা তাবকই— "ইলেক্সন অনীবক লেপ্লদা পূন্নমক তুমখ্রেদনা, ইবুংঙোখোয খ্বাইগী তুং ইঞ্জবদগী ঙসি যুম হিঙ্গোনমক্তি চৎত্রি। ভোৎ হাযবসি তশেংনা ভূৎ চঙবনি ইবুংঙো।"

"অচুম্বনি তাইবুংঙো। মায পাকহৌববদি ৱাববসু ৱানা খুদোংচাবদু তপ্পা তপ্পা হঞ্জিনবা ঙম্মী। মাযথিববশিংগীদি মখা তানীংঙাই লৈতে পূন্নমক মূৎপা তাবনি। হৌজিক্কী চৎনবীসিদা অসুম চত্থববদি তাইবুংঙো পংকুই কুইগনি নীংদে।" চাউথোইনা মখা তাবকই "অদুনা তাইবুংঙোখোযনা অহল অমা ওইনা পার্টিগী মাযকৈদসু প্রজাগী মযকৈদসু অচুম্বা অশেংবা মীথল ওইহন্নবা ঙম্বা মখে হোৎনবিদবা যাদ্রবনি।"

অযুক্কী নোংহৌগুম চঙলকখিবা নুপাদু চাউথোইগী খোইহী চেনবা ৱাহে খবদা পঙথবদুনা কাদুদগী আশা চাউনা হনখ্রে। মবক অহাঙবা তাঞ্জা ঙাইবদা মতম থেঙজিনখিদুনা মাগীনুপীনা মচা মযাম থনব্লগা কৈথেল কাগনি ঙাইহৌবদু নীংশিংলকই অমুতোম্বী। খুদক্তা মানা হৌদোকই— "সাহেব থবক্কুবু ইযামক যাববোইদববা নৎত্রগা কবি ?"

অমুতোম্বীগী ৱাহে লোইফাত্রিঙৈদা চাউথোইনা চীংলেম্না খুন্নকই— "অমুতোম্বী ভায। ঐসু হোৎনবা যাবা হোৎনববনি, অদুবু হন্দক্কী মতাঙসি ঐ হাযফম খঙদ্রে।" চাউথোইগী ৱাহেদু তাবদা অমুতোম্বী মাযথোঙ মকশিনখি। চাউথোইনা মখা তাবকই— "মতমসিগী চৎনবী নঙ খঙলেদনা? শেল যাওদ্রবদি উপাই লৈতে

হায়বা। ঐসু নঙগীদমক্তনি হায়দুনা ইকায় ইকি থাদোক্লগা নোম্বনি, হৌজিক তৌগদবা হায়ববু মন্ত্রীনে মখোয়গী দাইরেক্টর সেক্রেটরিনচিংবা খবদুদা ঙা চবা অমমমদং পীজক্লবদি নঙগী চেদু থোক্লোইদৌবি। খঙদ্রে অমুতোম্বী ঐনা মন্ত্রী ওইরবদি নত্তবনিনা নখোয়গী ননীং থুংহনবা ঙমদ্রে, হা কবি হায়গে? নঙগী বাসু তাসি।"

চাউথোইগী শাংলবা বাফম তাববতুংদা খনবা যাবা খবা খল্লগা অমুতোম্বীনা খুল্লকই— "অদুদি সাহেব উপাইদি লৈবিদনা?"

"লৈবিনে। নঙবু লূপা-পৈশা খবদং তিংবা ঙন্নবদি থবক্তি শুংশোয় শোযদ্রবনিনে অমুতোম্বী।"

"সাহেব। ঐ যুমগী নুপী অঙাংশিং তান্নবগা হয়েং হংচিৎসি মবোল অমা খঙহন্জবগে, মদু ফাওবদংদি সাহেবনা শোযদনবা তৌবিরো।" হায়বন্নগা অমুথোই হল্লক্লে।

ময়ুম যৌবগা নুপীদা বাফম পুন্নমক তমদুনা তান্নরে। মমৈদা ইশ্মোল যোনবা নৎত্রগা বন্ধোপ থম্বদা তাবে। নোংমা নীনিদুদা কোযচেল চেন্নদুনা লূপা লীশিং কুন্দা ইশ্মোল মচেত্তু লৈবা যোনবদা চহী অনীগী বন্ধোপ থম্বা লেপ্লরে। অহানবগী চাংযেংদা লৌ চৎখি, হন্দক্লা ইশ্মোল কবম থোক্লগাবা? নুংশা থিজে অমুতোম্বীগী নুপীনা, মচা পিশক মযাদুগা মচীন্দদি কাঙথোকচবা ঙমখিদে। অদুবু খঙ্হল্লববদি লৈবা ঙন্নক্তে, ইশ্মোল অমফাওবা লৈতবসি হিংফম লৈগনি নীংদে। হায়নখিবা মতুংইন্না চহী অনীগী মনুংদা হন্দোকপা ঙমহৌদ্রবদি মহাজনগী ওইথ্রগদবনি। মদুগী খল্লুবদা অমুতোম্বীগী নুপীদু পোখাফম খঙখিদে।

নুমিৎ খবনিগী মতুংদা যাম্না রানা হাযজ-চৎচা তৌদুনা ইশ্মোল বন্ধোপ থল্লগা লূপা লীশিং কুন অমুতোম্বীনা চাউথোইগী খুত্তা শীন্নখ্রে। ইশ্মোল লৈবা যোনবা হাযদুনা বন্ধোপ থম্বদদি সবকাবগী চেদা ইনখি, সহি তৌখি। অদুবু অমুতোম্বী চাউথোইদা শেল পীখিবগীদমক্তি চেজেৎ অমফাওবা পাযহৌদে। আশা কযাগী মঙান্দা তাউদুনা অমুতোম্বী ময়ুম যৌবকখি। মানা ময়ুম যৌবকপদা মাগী নুপীনা শেল থিল্লুবগী পাউ হংজে। মথরায বাজববী মাগী নুপীবু অমুতোম্বীনা থম্মোয পীকমল্লি, হাযদুনা চৈহৎপি। নুমিদাংদু মাগী নুপীনা অযেনচেঙ খবা বাল্লদুনা মচা পীশক খবদুগা লোয়ননা চাক চামিন্নে। মতৈ মনাও বা থোইনা

ভাঙনদ্রবসু অমুতোম্বীনা মচাশিংদা হায়— "ইচাশা ইপা সবকাবগী তবল চাবগনি। তলব চাবকান্দা ইপানা অহাও অহাওবা পীজগনি ।" মপুরোইবগী রাহৈদু তাবদা মাগী নুপীদু নুংঙাইবগী মহুত্তা মখোযদৌ শাউগৎখি।

অবা নুংঙাই যান্নববা অহীংদুগী মথং অয়ুক্তা যুম্লোন্নবগী মচীন্দগী তাখি "হৌখিবা অহীংদা এম-এল-এ চাউথোইবু মশক খঙদবা খবনা কাপ্পুনা হাৎলম্লে।" পাউদুনা মখা তাখি "এম এল-এ চাউথোইগী যুমদা মশক খঙদবা নহা অহুম চঙলক্লগা শেলগী মবমদা নিঙাই তৌনবদগী নহাশিং অদুনা নোংমৈ কাপশিল্লম্বনি। চাউথোইবু লাইকন্নবা ঙমদনা লৈখিদ্রে" অসিনচিংবা।

পাউদু তারুবদগী অমুতোম্বী খঙহৌদনা রাম্ভবকখি। মনাক্তা লৈবম্বা মী খবনা অমুতোম্বীবু পমদুনা ময়ুমদা পুশিনবিবকখি। মপুরোইবনা ওইবক্লিবা ফীভমদুদা অমুতোম্বীগী নুপীদো অশাবা মুর্ত্তিগুম ঙহাক লৈবম্বদগী মপানলোমদা চেম্ভোকখিরম্মী।

।। মার্চ, ১৯৮৫ ।।

ভাঙনদ্রবসু অমুতোম্বীনা মচাশিংদা হায়— "ইচাশা ইপা সবকাবগী তবল চাবগনি। তলব চাবকান্দা ইপানা অহাও অহাওবা পীজগনি ।" মপুরোইবগী বাহৈদু তাবদা মাগী নুপীদু নুংঙাইবগী মহুত্তা মখোযদৌ শাউগৎখি।

অবা নুংঙাই যান্নববা অহীংদুগী মথং অয়ুক্তা যুম্লোন্নবগী মচীন্দগী তাখি "হৌখিবা অহীংদা এম-এল-এ চাউথোইবু মশক খঙদবা খবনা কাপ্পুনা হাৎলম্লে।" পাউদুনা মখা তাখি "এম এল-এ চাউথোইগী যুমদা মশক খঙদবা নহা অহুম চঙলক্লগা শেলগী মবমদা নিঙাই তৌনবদগী নহাশিং অদুনা নোংমৈ কাপশিল্লম্বনি। চাউথোইবু লাইকন্নবা ঙমদনা লৈখিদ্রে" অসিনচিংবা।

পাউদু তারুবদগী অমুতোম্বী খঙহৌদনা বাহুবকখি। মনাক্তা লৈবম্বা মী খবনা অমুতোম্বীবু পমদুনা ময়ুমদা পুশিনবিবকখি। মপুরোইবনা ওইবক্লিবা ফীভমদুদা অমুতোম্বীগী নুপীদো অশাবা মুর্ত্তিগুম ঙহাক লৈবম্বদগী মপানলোমদা চেম্মোকখিরম্মী।

।। মার্চ, ১৯৮৫ ।।

# নৈখায়বা

ইম্ফাল সহরদগী কিলোমিটর তরামাথোইরোম লাপ্না খা নোংপাক পাংনা হাইথখ্রগা নোমাইজিং চীংশাগী নাপোমদা ফজববা থেল অমা লৈ। মফমসিবু থোঙগ্রাংবী কৌই। তাংথক নাইবা লৌবুক অমসুং চীংখোঙগী লোযরোই ঙম্বা চীংমৈ কযানা লীকং শানা কোয়দুনা লৈবা প্রকৃতিগী নীংথিববা মফম্নি। লমদম অসিগী চীংখৈ ওইবপ্না লৈখ্রবা চীঙ্গোল অদুদা ফজনা শেম শাববা লৌকোল অমা লৈ। মসি সহবসিদা মমিং লৈখৎলক্লিবা বোযাই কন্ট্রেক্তবগীনি।

বোযাইগী তুংগী আশা কযাগা লোযননা চীঙ্গোল অসিদা মতমগী চুনববা ফার্ম অমা শেমগৎলি। চীংগী শকক্তা হৈকোল লৈকোন কযা মনা মশীংগী ফৈদোম কযা, লৌবুক্কী শকক্তনা লৌবোক অনীবক অহল্লক্কী চাংযেং লৌফম অমসুং নাকল অমদা চাউবা শাংলবা পুখ্রি কযাদা মখল মখলগী ঙা যোক্তুনা বোযাইগী শীজিন্নবদগী হেন্না মীযামগী অৱাংপা মেনখৎনবা হোৎনবি। কনাগুম্বনা লৌকোলসিদা চঙলুববদি লৌখৎলিবা থৌরম কযাসিনা বোযাইবু শোন্নদবা যাওদে।

ঙসিদি নোংমাইজিং নুমিৎনি। মহৌশাগুম বোয়াই মাগী লৌকোল যেংবা লাক্তনি। "থোঙগ্রাংবী বোযাই যাইফকোল" ফার্মসিগী মমিংনি। মফম্নসিদা চৌকিদাবগী থবক তৌদুনা লৈজবিবা চাউবা যাম্না মবম ওকপা নুপানি। মাগী মযুম মচাদু ঙসিদি শেংদোক শিত্তোক্তুনা তক তনান থমজৈ। মবুংঙো বোযাই লাক্লগা চৈবিবগনি ৱাজদুনা থৌবাং কযা মাঙজৌননা লোইথোকচৈ। নহানমখৈদি মাগা লোযননা ভীম ছেত্রি কৌবা নেপালী চৌকিদাব অমসু লৈমিন্নবম্মী। মহাক

চয়োল অমগী ছুতি ফংদুনা ময়ুম চৎখি। হৌজিক লৌকোল অসিদা চাউবগা মাগী নুপীগা নত্তনা কনাসু লৈত্রে। অয়ুক্কী পূং তবামাথোই তাবমদাইদা বোয়াই মাগী মরুপ অনীগা লোযননা য়াইফ লৌকোলদা য়ৌবকখি। বোযাইগী লৈব্বা কুইদ্রিবা মারুতী কাবদু চাউবগী যুম মমাঙদা খাম্বগা চাউবসু চেশিন্দুনা গাডীগী থোঙ হাংদোকচে বোয়াইনা গাডীদগী কূমথবকপগা লোয়ননা হাযবকই— "চাউবা, ঙসিদি খব থেঙথ্রে, চান-থরুবা নঙ থৌবাং তৌবো ঐখোয হৈকোল য়েংলুখিগে।" মহাক্না মখা তাবকই— "অদুগনে চাউবা। বাহাদুব লৈত্রবনিনা নঙ ঙসিদি খবা বাবা তাবে। পুখ্রিদগী ঙা খবা ফাবগা তাউনবা তৌবো, গাডীদা যেনবা অমা যাওবিবসি নঙ ফজনা থোংঙু। তপথবদি যাদ্রে চাক যান্না লান্নজাৎনি ।" বোয়াইদু ঙাঙ ঙাঙদুনা লৈকোল তাবা লম্বী অদোমদা মমায লৈখি। মাগা লোয়নবকপা নুপা অনীদু অমনা নোংমৈ অমা পায, অনা এয়ববেগ অমা যান্নদুনা মখোয় হবাওবগা লোযননা বোযাইগী মতুং ইনখি।

মবুংঙোনা হায়বম্বা পুম্বা চাউবা "অহোয, ফগনি" হাযনা খুমজবা নত্তনা অতৈ হাযনিঙাই লৈখিদে। মহাক্না মাগী নুপীদা লাউখি— "ইবেতোম্বী, ইল পাম্ফৎলু ঙা মবি মঙাদং ফাক সাহেবহোযগী। অথুবনি।"

চাউবনা গাডী মনুংদগী মবাইবক থীববা যেনবা অদু লানবিনবগীদমক লৌথোকপদা শিগনি কিববা যেনবাদুনা কপচৈ চোংজৈ, অদুবু মপুগী যাথং ঙাক্লবগীদমক চাউবনা পামজদ্রবসু থবক্কু পাঙথোক্লবা হোৎনখি। মপুবোইবনা যেনবা পাযদুনা চঙখিবদু উবদা ইবেতোম্বী পীসুম শুকই। মচীনথোক্লা হাযজব্বদি ঙমজদে অদুবু মথম্মোযদদি কন্না যানীংখিদে। মদুগী অচৌবা মবম লৈতবদি নত্তে। ইবেতোম্বীনা মতম কুইনগী তুংদা মঙজবকপা মঙ মহৈ যাঙ্গবকপদা ঙাযবি, মাগী থা লেপখিবা মবি হাযবকপদা ঙাযবিবনি। অসিগুম্বা মতমসিদা মাপুরোইবনা থবাযপানবা হাৎপদু হাৎহন্নীংদে। মহাক্না ইল-হঙেল পুবদুনা পুখ্রিতম্না চৎচববসু বাহাদুববু নীংশিংলকখি। মমাঙঙৈদদি অসিগুম্বা পাপকী থবকশিং অসি ভীম বাহাদুবনা হেক হেক পাঙথোক্রম্বনি। ইবেতোম্বীনা বাখল নুংঙাইতনা চৎলিঙৈদা চাউবনা মখা তারকই— "হায় নঙ চাকখুমগী থোং থারুবা থবকসু য়াওবগদবনিকো, থুবকউ।"

ইবেতোম্বীনা খুন্নমদনা চৎখি।

চাউবসু অমোৎ অকায়শিংদু মচী অমদা লোইশিল্লুবগা চাকখুম চঙদুনা মৈ থাগৎখ্রে। ইবেতোম্বীসু হল্লক্রে। মহাক্লা মপুবোইবগী অৱাৎ অপা লানশিল্লি। চাউবগী মতৈ মনাউদং চাজনবা থোংবগী কোল্লীকশিংদো ঙসিদি মী মঙা তরুক চানবা থোংবদা অৱাবা ওইরে। তোযনা তৌদবা থবক্লিনা চাউবসু থোং থাকপদু খুৎলোয়দে, অদুগী মথক্তা মবুংঙো সাহেবনা চাগদৌবিবনি চেকশিন্দবা যাবা নত্রি। চাউবনা মবোই মপাং থাউ ঙৌবা থুম মোবোক থাকপদা ইবেতোম্বীবু তান্নৈ। তোযনা মনাই নুপীগী মবোল লৌই।

থোং থাকপা তঙখায চনশিল্লকপগী অদুবাই বোযাইগা লোয়নবা মখোয অহুম্মক "চাউবা! চাক লোইবব্রো?" লাওবকই "হান্না অতাউবদু খবা লাম্বোবকউ চাউবা।"

"ফগনি সাহেব"

চাউবনা বোযাইগী পাউখুম পীবদুনা চাকখুমদগী চেম্বোবকই। মমায মমীত্তু মৈশা লাংলুবগী ইঙাঙ ঙাঙলি, লোযননা হুমাংনা ঈবং লংনা কাবি। চাউবগী পীক্লবা তুফম কা অদুদা ফমুং অমগা ফিবোল হাপ্পবা উপু মচা অমগা নত্তনা অতৈ থম্ফম লৈতে। ফক্লাংদা মাগী নুপীগী অয়ুক নুংদাং শীজিন্নবা ফিবোল খবগা মাগী ফি খবগা থৌবী মচা অমদা যাল্লি। চাউবনা যাল্লিবা খুদৈ অদু লৌবগা মহাক্কী ফমুংদু কম্বোক নাম্বোকই। লোযননা মথক্তা ইবেতোম্বীগী ইন্নফি অমনা কুপশিঞ্জদুনা মবুংঙোখোয়গী লেঙশিনবা যানবা শেমজৈ।

চাউবনা থৱায যাওনা হোৎনজবদু থাগৎলদুনা বোযাইনা হাযকই— "উবিরেদনা ঐগী চাউবনা হোৎনবিবসে?" মহাক্লা মখা তাবকখি— "যারে যাবে চাউবা নঙগীদু লোইশিন্নবা তৌকবো।"

চাউবনা শেমজবিবা ফমুং মথক্তুদা চীংলেম্না ফমথবগা বোযাইনা মাগী মরুপশিংবুসু ফম্নবা কৌশিল্লি। মবুংঙোশিংনা পোত্থাবা যানবা শেম্নল্লগা চাউবা কাদুদগী চাকশঙলোমদা মমায লৈশিনখি। খুদক্তুদা বোযাইনা হাযবকই— "চাউবা! থকপা য়াবা ঈশিং খবগা গ্রাস অমা অনীদংগা পীবকউ।" মহাক্লা মখা

তাবকই— "নঙগী ঙসাই অতাউবা হায়বদো অদুসু পুবকউনে। পৃকসি লাম্বনা লৈ য়াদ্রবনিনে।"

"ঐ অমুক্তা লৌরুখিগে সাহেব "হায়রম্লগা চাউবা থোকখি। মবুংঙোনা হায়খিবা পুন্নমক অমত্তা চিখদনা পুবক্লে। অদুবু লুবিবদি মতীক চাবা তেবল লৈতবনা থকফমগী মফম অবাবা অমা ওইবে। চাউবনা যেংলকপদা ফি-বোল হাপ্নবিবা উপু মচাদু শীজিন্নবা যাগনি খল্লদুনা পোৎলমশিংদু চপ চানা ৱাত্তনবা থেনগৎলে। মহাক্কী থৌবাং লোইবগা বোযাইগী অযাবা মবোল লৌজে চাউবা।

চাউবগী থৌবাং লোইবগা বোযাইগী মকুপ অনীদুগী মবক্তগী মকোই চোম্বদুনা এযব বেগতগী অঙাঙবা মহি লীক্লি অমা লৌথোবক্লে। মহাক্লা হবাউ তযাম্বগা লোযননা মখোয অহুমগী অহানবা পেগ হৈদুনা চাং যেংখ্রে। মমন্দা নত্তনা মগুণ ৱাংলবা লীক্লি অদুগী মযাইনা মখোয অহুম নুংঙাইববা তবংদা তাউবা হৌবক্লি। লোযননা চাউবা মতৈ মনাওনা ৱানা থোং থাকচবিবা মথেল পুন্নমক মহাও যেংবদা লোইশিল্লক্লি। নেশাগী মযাইদা লুপথবক্লিবা বোযাইনা চাউবা কৌবদুনা হাযবকই— 'চাউবা! মাই বোয, নঙ যাম্না ফবে। নঙনা বাহাদুরবদগী হেন্না শা থোংবা হৈরে। যাম্না হাউরে।" মহাক্লা অহাউবা পেগ অমগা অমুক থকচিল্লগা মখা তাবমই— "যেংঙো চাউবা! ঐখোযগী হীদাকসি লোইথোকখ্রে, অদু নঙনা উপাই অমা তৌদুনা হীদাকসি লীক্লি অমত্তংগা ফংনবা থিবক্তবা যাদেকো চাউবা।"

চাউবা বোযাইগী লৈযেং ফাইববা ৱাহৈশিংদু তাবগা মবেংবান্দা যাল্লিবা খুদৈদুনা মখুৎ তৈথোক্লদুনা পাউখুমজবা ঙমদনা লেপ্লি। খুদক্তুদা বোযাইনা লুপা চবুল অমা বেগ পোকেত্তগী শৎতোক্লক্লগা চামাচৎপীগী নোট অমা পীবদুনা চাউবদা হাযবকই— "হে মসিনা ফংবা লৈকবো, শেনগীদমক চিংনরুন্নু বোযাই লৈ। নঙ গাডী থৌবা হৈব্রাও? হৈরবদি ঐগী কাবদু তোংখো, হৈত্রগদি খঙদ্রেকো। চৎলো চাউবা চৎলো।"

"ঐগী সাইকল লৈজে যানি সাহেব" হাযবল্লগা উপাই লৈত্রবা চাউবা মথৱায

নুংঙাইতনা কাদুদগী থোক্লকই। মানা চৎলদাইদা ইবেতোম্বীদা কবি কবিনো খবা শিন্নবম্মী অদুগা মাগী মতম কুইনা পায়রুদ্রবা সাইকলদু ইম্বোক্লবে। চাউবনা পাইতু খাউ অমা মবেংবান্দা যানশিল্লগা তোংখৎলুবদা সাইকলগী মনীং চাকা নুংশিৎ যাওমদ্রে। মাগী লৌকোনদগী শোবোক অচৌবা তাবা লম্বীদু অনৌবা শেম্বা লম্বীনি। নুং মবক্তা সাইকলদু তোংবা য়াদ্রদুনা ইল্লগা থোক্লকই চাউবা। লম্বী চৎনা চৎনা রাখলগী ঈবৈদা লূপথবি। মতমসিদা কদাযদগী হীদাক লীক্লি থিরুগনি ? কনাদা হংগনি অসিনচিংবা। মহাক্তি মহৌশানা হীবমসিদা খঙ হৈবা মীশক নত্তে। মমাঙদা বাহাদুবনা ইবায লাযনা পাঙথোকখ্রবসু চাউবদদি অরুবা থবক ওইবি। অমবোমদা মাগী নূপীনা মতোমদা লৌবুক মযাযগী য়ুমদোকপোক অদুদা যাম্না চিংননা লৈহৌবদু চাউবা নীশিংঙি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে হিংনবগী লম্বীদা মীখা পোন্না লেল্লুবা পুন্সি ওইবনা চাউবগী মতৈ মনাও ঙসিদি পামজদ্রবা থবক অদু মপুগী নীংবা থুংনবগীদমক পাঙথোকপা তাখি।

চাউবনা অনকপা খুন অকোযবদা কোযচৎ চত্তুনা হীদাক লীক্লি অমা থিরুবে। মহাক্না যু লীক্লিদু হেক ফংবগা সাইকলদু কন্না থৌদুনা যাইফকোল পাংলকই। মহাক্না গাডী শেম্বা অমদি হীদাক থিবগী মতমদু কযা শাংনা হৌখ্রবা, মদু মহাক নীংশিংখিদে। মহাক্তি পোৎ যাওদনা হঞ্জিল্লুবা যাদবনিনা থিবা তাখি অমসুং ফংনবা থিখি।

চাউবনা মযুম যৌবকপদা মবুংঙো বোয়াইগী অহনবা মারুতী কাব লৈবমদ্রে। মদুগী মথত্তা যেংশিনবিনবা লৈত্রবা য়ুম অদুগী থোঙবাশিংদু নুংশিৎকী শান্নফম ওইবম্মী। যাম্না ঙক্না চাউবা চাকশঙদা লৈহৌবা মাগী ইবেতোম্বীবু কৌবকই— ‘ইবেতোম্বী ইবেতোম্বী।’’ ইবেতোম্বী খুম্লক্তে। পাউখুম ফংদ্রবদা চাউবনা চাকখুম কাদা চেনশিন্দুনা যেংঙি কনাসু লৈবমদ্রে, চাক ইনশাং খবদি পাত্র খবদা লৈবম্মী। মদুসু মাগী হূই অনীদুনা মুন্না মুন্না চাবম্মী। লাংতরুববা চাউবনা হূইশিং অদুবু হন্না যেংলমদনা থংনবা কাদা হোৎচিনখি। খূদক অদুদা মানা উখি যাম্ফক তাদুনা লৈবিবী মাগী নূপীগী ফী কোম্লবা হকচাং।

চাউবগী মীত্তা উরিবদু মগুলা তাইবংলো মহাক ভাব তাবা গুম্নকত্রে। মহাক অশাবা মুর্তিগুম চপ য়ুংদুনা মখোঙ থাংগনি কাউত্রে। ফমুংথক্তা লোংনা তাবিবী মাগী নুপীদুগী ফীবম কায়রবা শক্তমদু মুন্না য়েংলম্লগা থম্মোয় ফুক্লবা খোনফমদা লাউবকখি— "ইবেতোম্বী।"

কাদুগী মায়কৈ মরিদা খাবিবা ফক্লাংশিংদুদা লৈরুবগা খোম্থুং য়ৈবক্তুনা হন্না হন্না চাউবগী নাকোংদা য়ৈববি— "ইবেতোম্বী, ইবেতোম্বী ।"

থংনবা কাদা ইবেতোম্বীনা পুখ্রিদগী ফাবক্তুনা থন্নম্বা গু অমখক লৈমায়থক্তা চোংদুনা লৈবি। চাউবনা জ্ঞান গুহাক মাঙলুববা মতুংদা, ইবেতোম্বীবু কোনখৎপিবগা থম্মোয শোক্লা হাযবকই— "ইবেতোম্বী। ঐহাক লানখ্রে ইবেতোম্বী ঐহাক লানখ্রে।"

ইবেতোম্বী মপূবোইবগী হীক হৈববা খোঞ্জেল তাবদা শোব থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা তপ্না তপ্না মখূৎ থাঙ্গৎলকখি।

।। ২৬ এপ্রিল, ১৯৮৬।।

# লাইওঙ খঙদবা অনাবা

ইবেচাউবীদু অনাবা লাইওঙ খঙদে হাযদুনা ঙবাং অহীংদগী ইমুংগী মী পুন্নমক্লা কোযচেল চেন্নবি। কনানা ডাক্তব কৌখি হায, অমনা মাইবা কৌখি হায, মথোঙ মবম খঙদে। অমনা হাযবা অমনা তাবিব্রা তাদব্রা খঙদে পঙচেন্দা চেন্নে। কনানা হায লাই ওক্লবনি, কনা অমনা হায পোৎশেন্নি যাদুনি, মা মানা থোকপা হাযনৈ। অনাবগী লাইওঙ খঙদে।

অযুক পূং তবা খবা হেন্লকপা অদুরাইদা ইনে তোম্বী ইবেচাউবীগী অনাবা হংবা লাকই। মহাক্লা অনাবগী মতৌ যেংলগা হাযবকই— "ইবোচা। মাগীসি ঐনা চিংনবা অমা লৈবে মদু অমুক্তা যেংসিবা?"

"কবিনিনা ইনে?" ইবোমচানা ইনে তোম্বীগী পাউখুম পীবকই— "ইনেনা খঙবদু কবিনো? ফগদবা লৈববদি থন্নসি কৈদৌগে।"

ইবোমচাগী পাউখুম তাবগা ইনে তোম্বীনা ইবোমচাবু মপান্দা কৌথোক্লগা লোন্না হাযখি— "ইমৌগীসি নুংশিৎ অপাইবা চঙবা মাল্লি ইবোচা। অদু ।"

লাই তীনগী রা থাজগন্দবা ইবোমচাদা ইনে তোম্বীনা নুংশিৎ অপাইবা চঙবগী রাফম হৌদোক্লকপদু তাবদা ইবোমচা ইঙক ঙকই। মমীৎ অনীদু কুপ্তবমখৈ তোম্বীদা যেংলগা হংলকই— "নুংশিৎ অপাইবা হায়বদি ইনে?"

"হেব্রা, নঙসু খিৎ পঙমনখ্রে। (শোক্লাংননা) হিংচাবী চঙবা হাযদু নঙ তাদ্রিব্রা? সিবু লাউনা হাযবা ফজপোৎলা?"

ইনে তোম্বীগী বাহৈ তাব-তাবগা ইবোমচা হান্নদগী অমুক হেন্না চিংনবা হোনগৎলকখি। ইবোমচানা মকোক খোৎলদুনা মখা তাবকই— "মদুবু ওইবা যাবা বাফন্ননে ইনে?"

মখোযনীনা থন্নবিঙেদা ইমুংদা অনাবদি লাউ-খোংদুনা মশাদু লোংনা অমুক চেপ্পা অমুক থেক্লকই। মনাক্তা ফমশেন্নবিবশিংনা ফাবা নম্বা হোৎনবি। ইবেচাউবীনা ঙহাক মবক মবক্তা লেপ্লুবগা অমুক অমুক হৌবকপা অনাবগী মতৌদু ঙবাং অহীংদগী হৌজিকফাওবা লেপ্লকত্রি। অনাবগী মৈচাক খাঙবদা ইবেচাউবীনা চহী অনীতা ঙাযবিবা নুংশিববা মচাদুফাওবা হন্না য়েংখিদ্রে। মশাদু যাম্ফক তাবে, যেংবা বাবে। মাগী মতৌসিদা মপুবোইবা ইবোমচাদি মচাশিংবু হোৎনগদ্রা, লৈত-লাইরবগীবু খনগদ্রা, অঙাওবগুম জ্ঞান মতেক মতেক মাঙলক্লে। খুদক্তুমক্তদা ডাক্তব নহা অমা অনাবা য়েংবা চঙলকই। ইবোমচা ডাক্তব উবদা ইনে তোম্বীবু হোয মাই হাযবমদনা ডাক্তবদুগা লোযনদুনা অনাবগী নাক্তা চঙখ্রে।

ইনে তোম্বী ইবোমচানা মরোল শেংদোক্লমদ্রবসু ডাক্তবগী মপাউ অমত্তংদি তাখিগে খনমাল্লে থোঙজিল মযাদা ফমথখ্রে।

ডাক্তবনা মাগী খুংশু খুৎলাইগা লোযননা হোৎনবা যাবা যেংবা যাবা যেংলে। অনাবগী লাইওঙ খঙবা ঙমদ্রে। ডাক্তবনা ষ্টেথেসকোপ অদু হন্না হন্না শীজিন্নদুনা অনাবগী মিহুন কাঙলোন খঙনবা হোৎনৈ। মমৈদা ডাক্তবনা নুংশাশ্বব অমুক্তং শাংনা হোন্দোক্লগ। হাযবকই— "অনাবসি পাখৎখিবগুম্বা অমা তৌখ্রমাল্লে। তুম্নবা হীদাক অমত্তং কাপ্লগা যেংখিসি।"

বাহৈদুগা লোযননা চেজেৎ অমদা অনাবগী মিং অমসুং চহী হংলগা হীদাক্কী মমিং খবা ইদুনা পীবক্লে। ডাক্তবনা পীবক্লিবা চেদু লৌবগা ইবোমচানা হীদাক লৈহল্লুনবা মীশক থিবকই, মবক অদুদা ডাক্তবনা ইবোমচা যেংদুনা হাযবকখি— "কবিসু তৌবোই নুংশা থিনিঙাই লৈতে। হীদাক্তু কাপ্লগা খঙগনি।"

ডাক্তবগী পাউতাক মতুংইন্না থাজবা কযাগা লোয়ননা ইবোমচাসু মনাও নুপা ইনাওমচা থাদুনা হীদাক লৈকনবা শিন্নখ্রে। কাপ্পবা, চানবা অমসুং থক্লবা মখল খুদিংগী নিযম তাক্লম্লগা ডাক্তব হনখ্রে। ইবোমচানা লৈতা লৈতা লুপা

কুনথ্রাদং ডাক্তবদা লাযেংমন কৎখি। ডাক্তব কৌনবগী শেল লৈতবনা ঙবাংদগী ঙসি অয়ুকফাওবা ইবোমচা কোয়চেল চেনখিবনি। য়ুমলোন কৈবোন্নবশিংদগী উপাই ফংলকত্রদুনা মমৈথংদা ইবোমচানা মাগী সাইকল মঙ্গুনবদু ইনাকখুনবা ইবোতোন্দা শেন্দোই চাদা মঙা কাদুনা বন্ধপ থমখি। মদুসু লুপা চামা সুনা পীবিয়ু হাযবা যাদদুনা লুপা হুম্ফুতবামঙাদমক পুবকখি। অনাবনা অসুম ফবকত্রবদি কবম থোক্লগদবা ইবোমচা মকোক ঙাওবা হেনগৎলকই। ইনাওমচানা হীদাক লৈরুবদগী হল্লকদবা শেনফম অদু খন্দুনা লৈবিঙৈদা মনাও নুপা হীতাক পুদুনা চঙলকখি। হৌজিক অমুক হীদাক কাপ্লিনবা মীশক থিবা মতাঙ ওইবে। তঙাইফদ্দবনিনা লৈবা লৈতবগী রা হাযনবা নংদনা ইবোমচা মনাও নুপাদা মতৈমগী হীদাক কাপ্নবা মী কৌবা থাদ্রে।

হীদাক কাপথ্রে। শেন লোইখ্রে। অনাবদি লাইওঙ খঙদ্রে। পোত্থাবা ঙমদ্রে। উপাই লৈবকত্রদুনা ইবোমচা ইনে তোম্বী নীংশিংলক্লে। ইনে তোম্বীনা ঙসাই হাযখিবদু অমুক্তং তান্নদুনা যেংসিবা খল্লক্লে। মহাক অনাবা হুন্দেক্নুনা ইনে তোম্বী থিবা থোবক্লে।

ইনে তোম্বী ঈরুজবগা চাক চানবা হোৎনবম্মী। ইবোমচা চঙলকপা উবদা মহাক খঙঙি অনাবগী মবমগী মাবু থিবা লাক্লিবনি হাযবা। ইনে তোম্বীনা মথম্মোযদা চাউথোকচবগা লোযননা মোমোন নোক্লদুনা ইবোমচাদা হাযবকই— "ঐনা হাযবা লৌদদুনা অরেম্বদা শেন তিংলেদো। হৌজিকপু অনাবা কমদৌববগে পোত্থাবববো?"

"খঙদ্রে ইনে। লাইববদা লাই চঙবা হাযদু তাবে।"

"লোইবা নাইবোই ইবোমচা। ডাক্তবগী অরামন, হীদাক্কী মমল, অদুদগী হীদাক অকাপমন হাযবনে।" মহাক্না মখা তাবকই— "শেন তিংলগা অনাবা ফব্বদি ফৈ, ফত্রগদি নকোক শাবা হেনগনি।"

"অদু ঙসাই ইনেনা হাযবদুবু ।" ইবোমচা পূক্লিংদদি চিংনববসু উপাই থিবগী মওঙদা ইনে তোম্বীদা হাযখি— "অমুক্তং য়েংসিবা হাযবনি?"

"নঙনা তুম্মিন হৈহৌবদুদা ঐ মখা তাবমদব্বনি।" ইনে তোম্বীনা ইবোমচাগী যাকা য়েংদুনা পাউখুম পীবকই— "মাইবা অমুমচা কৌরগা অমুক্তং য়েংহন্নবদা হেক্তা খঙগনি। ঐ চাক চখোম অমত্তং হুক্রগা লাক্কে, নঙ অমুমচা কৌহল্লম্মু ইবোমচা।"

"অদুগনে ইনে, ইনেনা লাকপদা লুপা তবা-কুন্দগা পাযবিবকউ।" ইবোমচাদু ইকাই ইকি থাদোক্লুনা ইনে তোম্বীগী মতেং নিবকখি— "মাইবদা থানবকা অমত্তা পাযদ্রে ইনে। ইনেনা উপাই তৌবিদবা যাদ্রবনি।"

ইবোমচাগী ৱাহৈ তাবদা ইনে তোম্বী মপুক্লিংদা কবিগুন্বা খবা খন্থবগুম তৌই। অদুমকপু মহাক তঙাইফদনা ইবোমচাগী অৱাবদু কোক্লবা হোৎনগে হাযবদি য়াহৌবে। ইবোমচা মযুমলোমদা লাক্লে। মনাও নুপা থাদুনা অমুমচা মাইবা কৌহনখ্রে।

ইবোমচানা ইবেচাউবীগী মনাক্তা চঙশিল্লগা অনাবগী মওঙ যেংলি। ইবেচাউবীনা মযা ক্রক ক্রক চীক্লদুনা মখুৎ মশা তিংথোক্লগা হৌগৎকদবগী তৌবকই। মমীৎ অনীদু তবংদা যেংঙি। মনাক্তা ফল্লিবা ইবোমচাবু ঙহাক খঙবগুম তৌই, অমুকসু খঙদবগুম ঙাঙ-শকই। অঙাওবগী মতৌগুম নাবিবা ইবেচাউবীবু মুন্না শংত্রিক য়েংলগা ইবোমচা মরু লুকথদুনা তুমিন্না ৱাখল খল্লি।

ইবোমচা নহা ওইনা যুমগী অহল শাবক্লবনি। ইবেচাউবীসু মঙোন্দা লৈবা ইকুই কুইদনা মচা অনী হাযবকপদা মপুরোইবগী মতেং পাংন্নবগীদমক ইকাইবা থাদোক্লুনা মখোযগী থোঙ্গালদা নুংথিল-নুমিদাংৱাই ইঙ্খাং নাপী যোল্লি। ইমুংগী থবক লোইদুনা মনাওনুপা অমসুং মচাশিংনা চানবা-থক্লবা থৌবাং তৌবল্লগা ৱাঙ্গোই কৈথেল নৎত্রগা লিলোং কৈথেল চত্তুনা অযুক্তা মনা মশীং তীক্লুই। মদু নুংথিল যোল্লগা হযেংগী থৌবাং তৌই। ইবোমচাসু মচা-মনাওশিংগী মহৈ তম্বা অমসুং মখোযবু হিংহন্নবগীদমক নোংঙানবগা চাক চখোম অমা যোৎলগা উশঙদা উপু কাংথোন চনবা চৎলি। মীগী কাবখানাদা খুৎশুমন তানবনি। মহাজনগী থৌজান মখাদা হিংবনি। মদুদগী ফংলকপা শেন্না ইনাউমচাগী কলেজ তমহন্নবা অমসুং ইমুং মনুং পুবা কোন্নবা ঙমদে। মাগী অহন লৈবিঙৈদা লৈবম্বা সাইকল

অদুফাউবা ঙসি নীংথিনা তোংজবা ঙমদ্রি। ইবোমচা রাখন্দা লূপ্তুনা চমন্নবিঙেদা ইনে তোম্বী লাক্লে। অনাবগী মওঙ হংলবে।

নুমিৎ চায়থবক্লে। অমুমচা মাইবদু চন্দোল-ও চবা-ও খুদৈ মচুতাবা অমা মবেংবান্দা য়াল্লদুনা ইবোমচাখোযদা চঙলকই। অমুমচা চঙলকপা উবদা ঈনে তোম্বীনা কৌশিল্লদুনা হায়বকখি— "লেঙশিল্লকউ ইবুংঙো। ইচাসি যান্না রাৱে, অমুক্তা লাইখাই তাহনবিয়ুসে।"

"ইতৈমসু লৈবিবস্মী? ঐনবু কবি খঙগবনো ওঝাগী কৃপানা অদুক যেংজবা হায়বদুনি ইতৈমা।" অমুমচানা থোঙজিন কানশিল্লকপগা লোযননা মখা তাবকই— "কদায কবি ওইনা ঙমদবনো নুপী মচাবো?"

"অদুবু খঙলবদি কৈদগী মাইবা কৌরুনৈগে? মাইবনা য়েংলগা অনাবগী লাইওঙ হাযবিযু হাযবগা।" ইনে তোম্বীনা খুদক্তা অমুমচাগী পাউখুম পীখি। মখোয অনীমক মোমোন নোক্লে।

অমুমচা মাইবনা যেৎথংবা মখুত্তা কবিনো খবা শোক্লগা অনাবগী খুদাং মিহ্ন পাযদুনা যেংঙি। ইকুই কুইদনা মাইবগী লাইফাওগুম্বা রাহৈ মচীন্দগী থোক্লকখি— "কনানো অমত্তং কৈথেন্দা চৎলগা ঙাক্রা মশা কল্লিবা অমা লৈহল্লুবো। যাম খবগা, চেঙ-লৈ খবদংগা থৌবাং তৌবো। মবাইনা ফজগনি ইচাসিদি নুংশাথীক্নু, নুংশিৎ অপাইবনি।"

মাইবগী যাথং ঙাক্লবা ইবোমচাগী মচাক রাৎলস্লে। মাগী গাডী বন্ধপ থল্লগা পুবকখিবা শেনফমদুদি ডাক্তব কৌবদগী হীদাক কাপ্পফাওবদা লোইথোকখ্রে। ইবোমচা হৌজিক্তি তঙাইফদনা ইনে তোম্বীগী মতেং লৌবগা মাইবগী থৌবম পাঙথোকখি।

মাইবনা মাগী খুদৈদু মকোক্তা ফৈযেৎ য়েৎশিল্লগা যাংকোক অমদা ঙাক্রা ফ্রং-ফ্রং চোংবা অমা, য়াম-না শাবা শা অমদি মী মানবা খবা, হঙ্গাম মনা খবা, লৈ অমসুং চেঙ কবা হাপ্লগা মখূৎ নাম্মদা থাঙ্গোল অমা পাযদুনা ইবেচাউবীগী মাঙদা পুশিল্লকই। মাইবগী পোৎলম চৈবমদু ইবেচাউবীনা মমীৎ লাওথোক্লুনা যেংলগা হাযবকই— "কবিনো? কৈদৌদোইনো?"

ইবেচাউবীগী ৱাহং তাবমদনা মাইবনা ইবেচাউবী য়েংলগা হায়বকই— "হায় হুম, হেল্লোয লমলৈমা। লাইবেম্বী তবেৎ-ও, নখোযনা হকচিল্লাং তাইবং য়াথোক্লিঙৈদা নুপীমচা ইবেচাউবীনা ফীজি ফিনা হুমখিবা, লম্বী কাবন চৎখিবা য়াওবদগী ননাই নুপীমচা অসিবু অযো নাহেচল, অনা যাহিপ্লবেদো। ননাই ইবেচাউবীদি কবি খঙজদবীনি,লাইরেম্বী নখোয়দা লঙজরুবগীদমক কোকথোকপিযু-চামথোকপীযু হাযদুনা গুরুগী যাথং ঙাক্লা নখোযগী নচীঞ্জাক তমজবিযে।"

অমুমচা মাইবনা ৱাহৈগী অকম অযাং ছন্দ নাইনা, তাবা নুংঙাইরবা লাইশোন শোল্লিঙৈদা ইবেচাউবীনা মাগী হীপফমদগী ওনশিল্লকত্নিা মাইবগী যাংকোক্তগী ঙাক্রা অহিংবদু মযানা লাক্তুনা চীকখি। ইবেচাউবীনা তৌবিবদু কবিসু থৌশাদনা মাইবা মাগী লাইশোন মখা চত্থবকখি— "ঙসি ননাই ইবেচাউবীনা কচ্চবিবা ঙা-মচা, হৈ-লৈ অমদি ফিবোল দক্ষিনানচিংবসে লৌবিবগা মাবু অৱা-অনাদগী কনবিবো। হান্নগুম মচা মৱাগী সেবা তৌবা ঙমহনবিযু হাযনা লমলৈমা নখোয তবেৎকী মফমদা তীনকোকচগে লাইকোকচগে নিজবিযে। তীনকোকপিযু লাইকোকপিযু। নহনফমদা হল্লো, নতেফমদা তেক-ও গুরুগী যাথংনে, ই-শু, ই-শু, ইশু।"

মাইবগী লাইশোন লোইবদা ইবেচাউবীনা চীক্রম্বা ঙাক্রাদু থাদোক্লগা হান্নগুম্না হীপফমদা তুমিন্না লৈখি। ইবেচাউবী অমসুং মাইবনা তৌবিবা পুন্নমক হৌবদগী যেংলক্লিবা ইবোমচা মিত্রংনা শুমহৎপগুম ইঙক ঙকখি। মাইবনা যাংকোক্তু পুদুনা মপান থোকখ্রে। ঙহাক লৈবগা পোৎ-চৈ যাওদ্রবা অহাঙবা যাংকোক অমসুং থাঙ্গোল পাযদুনা অমুমচা হঞ্জিল্লকই। মাইবনা ইমুং চঙলকপগা লোযননা হাযবকখি— "অনাবা ফববিনিনা?"

"ফবে ফবে।" ইমুংদগী ইনে তেম্বীনা খুমখি। হাযগুম্নদনা ঙহাক্কী মনুংদা ইবেচাউবী তুম্লুবদগী হৌগৎলকপগুম, কবিমত্তা থোকখিদবগুম হংলকখি— "অঙাংশিংদি? কবিগীনো খুবাহোই মযাম তিল্লিসিবো?"

"কবিসু তৌদে ঐখোয কবিগুম্বা অমা তান্নবম্বনি ইবেচাউবী।" ইনে তোম্বীনা মাগী পাউখুম পীখি।

ইবোমচানা অমুমচা মাইবদা বেডী লাল্লমন্নগা ইনে তোম্বীদা কবিনো খবা হাযহৌই। ইবেচাউবীনা জ্ঞান তাবকপা উবদা ঐহাক মফমদুদগী য়ুমদা হল্লকখি। ঐনা লম্বী চৎনা চৎনা খল্লকই— মসিবু ওইথোকপা যাব্রনে ? ইবেচাউবীনা মাইবগী যাংকোক মথক্তগী অহিংবা ঙাক্রা মযানা চীক্লগা ঙবং ঙবং ঙংখিবদু মীত্তা শং শং উবি।

।। ২২ সেপ্তেম্বর, ১৯৮৬।।

# মরু য়াওদ্রবা উপাল

কৈনাহনবীদু ঙসি নোংঙানবগা ইমুংগী থবক লোইশিল্লি। ঙবাং অহীংগী চাক চজিক খবা লৈবদু মচা অহুমদা যেন্নদুনা চামিন্ননবা খবা চাউবী নুপী অহন্দুদা কৈনাহন-না তাকই। মহাক্না মচাশিংদুদা হাযগদবা খবা হাযবন্নগা মফি হোংখ্রে। কৈনাহন-না ঈশৈ ঙংলদুনা অতেকপা শমজেৎ অমনা চেঙহী উতী, থাউ মনম নমদ্রবা মশমদু হাৎপা হোৎনবি।

ঙসি কৈনাহনবীনা মহৌশাদগী ঙনখৎনা চৎকদবগী থৌবাং তৌবদু উবদা ফমুংদা হীপ্লিবা মপুবোইবা অমুযাইমনা হংসিবা খল্লি, অদুবু মচীন্দদি হাযদোকপা ঙমদে। অমুযাইমগী থস্মোযদা হাযফম খঙদবা অঙাওবা নুংশিৎ অমা কাবক্লি। মতম খবগী মমাঙদগী মহাক্না যান্না চিকশিন্না ফাজিন লাকশিন্দুনা থন্নকপনা ঙসিফাওবা থস্মোযদগী মপানফাওবদি থোক্লকখিদ্রি। অদুবু ঙসিদি অমুযাইমা খাঙবদা ৱাবে, ফাজিনবা ঙমগনি নীংলকত্রে। মহাক্না কৈনাহনবীগী খোঙথাং খুদিংমক চেশিন্না যেংলি।

কৈনাহনবীগী শম্বুন্দা শম্বান্দোং হাপ্লা লোইবদুনা প্লাষ্টিক্লা শাবা অতবগুলাপ অমত্তং শমজিংগী লৈত্তে ওইনা থেৎচিল্লি। লৈতেং শেম্বদা হৈশিংলবী কৈনাহনবীনা মশাগী মাযথোঙবু অকাযবা মিংশেল মচেত্তা চেপথা চেপথা যেংজবগা অবাৎপা থিবি। খূদক্তুদা শোবোক্তগী টাটা গাডি অমনা হোবোন নমখোং খোংলকখি। গাডিগী হোৱোন মৱোন খঙলবা কৈনাহনবীনা মচীন্দা "লাকএ-লাকএ" হাযবন্নগা মাগী শেম শাবা লোইশিনখি। মহাক্না খূনীং মপা তুমশিনখ্রবা অমসুং মবী তৎখিদুনা

ফোংলবা হবায় শেন্দলদু তোংশিল্লগা হাযবকখি— "হে লাই ইবুংঙো। ঐনা শূবসি ফম্না কন্না শূবনিকো, শেন্দলসিফাওবা অমত্তা শিঞ্জবা ঙমদে। খঙনি ঙসিদি শোযদনা অমত্তদি মবৈবগে, চাক চাবা চাদবা লাইনা তম্বা লাক্কনি।" ঙাঙলম্বদগী কৈনাহনবী মল্লবা পাইতু থাউ অমা পায়শিল্লগা থোবক্লে। মহাক্না চৎলমদাইদুদা খাউ মনুংদগী বেডী মপুন অমগা মৈখেৎ অমগা লৌথোক্লদুনা অমুযাইমগী মোন মযাদা থন্নে। অদুগা হাযবকই— "বেডীসে খবদি হেনমল্লেকো, ডাক্তবনসু ফত্তে হাযবমক্তদা খবা খবা ককথববদি ফদৌ নি।"

"খবা থুনা শিনবা থক্লিবনি।"

অমুযাইমনা শাউবংননা খুন্নকপদু তাবগা মচীন্দা ঙাঙ ঙাঙদুনা থোক্লকখি— "অদুবু যাববদি কবিগী ৱারুদগে, শিবদি লাযবনে, শোন্দুনা লৈবিদুগী হাযবনে।" মহাক্না মখা তাবকখি— "চাক খবা লৈবসি অঙাংশিংদা পীজবিরো। চেঙপাক খবদুনা মহোয মপাগী শোযদনবা তৌবিবম্মো ঐ ঙসিদি থবক খবা যাম্মে, চত্তবা যাদ্রে।"

অমুযাইমনা ৱাহৈ অমফাওবা খুন্নক্তে। মমীৎ কৃপ্তনা কৈনাহনবীবু যেংদুনা লৈহৌই। কৈনাহনবীনা মাঙ্গোল যৌবকপদা গাডিদু অমুক খোংলকখি। গাডিগী হোরোন তাবদা চেন্না চেন্না চৎলদুনা কৈনাহনবীনা হাযখি— "লাকএ হাযবমক্তদা হেক খোংলদনা ।" মহাক্না শূমাঙদা শান্নবিবা মচাশিংদা হন্না যেংলগা মখা তাবকখি— "হায ইবেম্মা। অঙাংশিংদো পুখ্রিদকা কৃমহনগনুকো।" টাটা গাডি থৌখ্রে। কৈনাহনবীগী মশক উখিদ্রে। মহাক থোকখিবদা ইমুংদু পূমচীক চীকহৌবে।

চীক্লবা কাগী মনুংদা অমুযাইমনা মতোমতা মখা চীক্লদুনা নীংঙমদবগী তকশি শোল্লকই। মহাক্না ঙসাইমখৈ থিংগত্তুনা থম্লুববা নুংশা শোব অদু শাংনা হোন্দোক্লগা হাযবকই— "হে ইশ্বব ইবুংঙো, ঐবু কযা কুইনা লাক্লখিগে খল্লিবগে? যেংবদা নুংঙাইবিনিদকো কুম্মৈশিংসে ।" অমুযাইমা মখা তাবকখিদ্রে। চীক্লবা কাদুগী মেনশিনবিদ্রবা ফক্লাং অহোবদা অযূক্কী নুমিৎ মঙান্না মৈবিগুম ফাওজিল্লক্রি। মঙান্দুগী মবক্তা অবং অবংবা মশীং থীঙমদ্রবা য়ুবান মকুপশিংনা কোযপাই পাইদুনা শান্নবি।

চাংজৌ নাইদ্রবা ৱাখলগী ঈপাক্তা তাউবিবা অমুয়াইমনা নুমিৎ মঙান্দা পাইবিবা য়ুবানশিং উরুবগা মাগী হৌখ্রবা পুন্সিবু নৌহৌনা নীংশিংলকখি।

ঙসিদগী চহী তবামঙাগী মমাঙদা অমুযাইমা লুখ্রাবী মমাগী অমত্তা ঙাইবা মচা ওইবম্মী। কেথোক্লা চাউবকপা অমুয়াইমনা পাখং মথোন কাবক্লবদা কৈনাহনবীগা নুংশি মবী থম্লবকখি। লেংমান্নবা পাখং কযাগী মিতানফম ওইখিবী কৈনাহনবীবু ইজ্জৎকা লোযননা লুহোংদুনা লৌখি। মতমদুদা ঙাওবম্বা, কেবম্বা অমসুং মমিং লৈবম্বা অমুযাইমা অমসুং কৈনাহনবী ঙসিদি মতমগী লৈরোননুংদা চনখ্রে। নীংশিংনিঙাই হাযববু মখোয় অনী মচা অহুমগা লোয়ননা মল্লবা য়ুম অসিদা লৈমিন্নবি অসিতনি। মসিসু মপাম্ভোংগী শক্তম অমা মনুংগী মীনা খঙদবা শক্তম অমা অনী শুবি। অনীশুবা শক্লোন অসিদনি অমুযাইমনা নিংদোন পোন্নিবসু।

মখোয় অনী লুহোংলবা মতুং অহুমশুবা চহীদা অমুযাইমগী মমা থা খবা নাবল্লগা লৈখিদে। কৈনাহনবীসু মচা মনম মনম পোকশিল্লক্লুনা মহৌশাগী কৈনাহনবীদো ওইখিদ্রে, তপ্না তপ্না লৈত-লাইবগী ঈবোন্নুংদা লূপথবক্রে। মমা লৈবিঙেদা অৱাবা মশক খঙলমদবা অমুযাইমা, নহা ওইবিঙেদা লাইবিক লাইশু, মহৈ-মশিন মতীকচানা হেহৌদবদগী মমা কাযনববা মতুংদা পূমকোক কোকখ্রে। মীগী মবল তোনবতা নত্তনা নৌবিবা মচাশিং চবা অনীশুনা পীজবা ঙমখিদ্রে। উপাই লৈবকত্রদুনা নিউ কাছাব বোডতা চীং ককপগী থবক শূবা চৎখি। নুংশিববা মচা অমসুং ৱামিন্নবক্লবা কৈনাহনবীবু যুমলোন্নবশিংদা শিন্নবল্লগা অহল পান্দ্রবা ইমুংদু থাদোক্লুনা চীংগী মোংশোংলক্তা পাঙ্গল চাংযেংখি। মতম অমদা মমা লুখ্রাবীনা মাগীদমক্তা ৱাজখিবদো অমুযাইমা চীংগী লৈঙাং, নুংজ্রেং মবক্তা হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা নীংশিংলকখি।

থবক শূনা শূনা অমুযাইমা থা অমা থাদোক্লম্লবা মযুমগী নুপী অঙাংবু নীংশিংদুনা চীং ককফমগী নুংপাক অমদা ফমদুনা পোত্থাবম্মী। খূদক অদুমক্তদা খঙহৌদনা চীংথক্তগী নুজ্রেং কীহুবক্লুনা অমুযাইমবু ননখি। মনাক্তা থবক শূমিন্নবিবা নুপা অনী অহুম্না খূদক্তা অমুযাইমবু নুংলক্তগী চিংথোকখি। মবাইবক ফদুনা

থরাযমক্তি মাঙখিদে, অদুবু অমুযাইমা পুন্সি কোন্নবা য়াবা অনাবদি ওইহৌবে।

অমুযাইমনা জ্ঞান তাবকপদা হোসপিতালগী ফমুং মথক্তা লৈবম্মী। মশা পুম্বা লেঙবা যাদনা ফাজিল পুন্সিল্লম্মী। ডাক্তবনা যান্না কুপ্না শেন্নবগা লোযননা অমুযাইমদা পীবা যাবা খুদোংচাবা পুন্নমক পীদুনা মাবু কল্লকখি। মহাক মতম শাংনা হোসপিতালদা লাযেংদুনা লৈখি। অমুযাইমবু তমেংলোং খোঙশাং রোডকী কিলোমিটব তাবামবিদগী গাডিদা হাপ্লগা পুথোবকখিবা ঠিকাদাবগী মতেংদগী মপুবোইববু সেবা তৌজবক্লবসু মশাগী লৌশিং অমদি থৌনা শীজিন্নদুনা মীগী মবল তোনখিদে। মপুবোইবনা খুদোংথীবদগী নাম্বোক্তুনা নোংম-নোংমগী মশা কনখৎলক্লবদা কৈনাহন্নবীসু মৈতৈ নুপী অমগী চপ চাবা মথৌনা উৎপা হৌবকখি। মহাক নহা ওইবগী ইকাই হঙ্গোইবা থাদোক্তুনা ইম্ফালগী মচী মচীদা জুগালি ওইবা চৎখি। যুম-কৈ শাবা, চেক নুং অমসুং লৈঙোই হোনবগী থবক শুখি। মদুদগী ফংলকপা খুৎশূমন্না পীক্লিবা মচাশিং যোকপা অমদি অমুযাইমগী মতেং পাংবদা শীজিন্নবকখি। মতম খবগী মতুংদা কৈনাহনবী বাজ মিস্ত্রি অমসুং ঠিকাদাব কযানা চানবী জুগালি লুচিংবী অমা ওইবকখি। মহাক্লুম্বী মবাইবক থীববী নুপী কাঙবু কাঙবুগী লুচিংবী ওইবকখি। মখোযনা নুপী জুগালিশিংগী ইজ্জৎ অমসুং খুৎশূমল চপ চাবা ফংনবা মথক থোংবশিংগা শিংনখি। আইনগী মতেং লৌখি। থবকশিং অদুদা কৈনাহনবী মীযামগী লুচিংবী ওইখি, লোযননা মায পাকপগী লেমজনফম ওইবা মিংচৎসু ফংখি।

অমুযাইমনা মযুমদা হীপ্তুনা লৈবকপা চহী খবা হৌখ্রে। মহাক অশোক অনা পুন্নমক ফব্বসু মখ্বাঙ কোল্লবা হনুবা অমগুম্না লৈবক্লি। থবক ইনখাং মহৌশাগুম শূ-নোম্বা ঙমখিদ্রে। ইমুং মাঙ্গোলদগী শূমাঙ ফাওবা থোক্তুনা ইক মাইথজবা, ফন্না ফন্না তৌবা যাবা খবা শূবা নত্তুনা নুপা ওইবগী থৌনা পাঙ্গল অদুদি মাঙখ্রে। অমুযাইমনা শোন্দুনা লৈবকপদা হকচাং অমসুং পাঙ্গলগী মহৌশাগী মতৌ হোংখ্রবসু হোংউ যাদ্রিবদি মাগী ৱাখল, থম্মোয অমসুং পুক্লিংনি। অশোক-অনাগী চৈনাখোল মাঙখ্রবা তুংদা নোংমা নোংমগী শোকচিনবা হেনগৎলক্লিবদি পুক্লিংগী লাইনা অসিনি। মসিনা অমুযাইমবু ওৎলবি, পোত্থাহন্দ্রি অমসুং খুদোংথীবা থৌদোক অদুদা শিখিবম্বনা হেন্না ফৈ হায়না খলহল্লি। অমুযাইমা

মশা কনখৎপগী মহুত্তা হেন্না হেন্না শোঙ্খবক্লে।

কৈনাহনবীনা কোয়না চৎতুনা শেল তানবা মহাক পামদে। নুপীনা থাক্লগা হিংবা নুপাগী পুন্সি মহাক্লা শুকখন খনখিদে। অদুবু তঙাইফদনা মঙোন্দা থোক্লখি, মদুসু সমাজগী মীনোক মখাদা। মীনা হায়নবদগী অমুয়াইমগী চান্নববা মফম মপাংশিংনা তম্বা যাওখি— "কৈনাহনবী ঠিকাদাবশিংগী শান্নপোৎ ওইবে। মাদি থবক শূদ্রবসু হাজিবাদি কাযদে, হেন্নদুম ফংই। মাগুম্বী নুপীনা মরা অনাবা লাযেংবা, মযুম পুবা, মচা মরা থাকপা অবাযববো? অশুক লাইনা কৈনাহনবীনা ইমুং পুবিবসি থবক শূবদগী ফংবা শেন্না কোন্নবোই, অবোনবদা তানবা শেল যাওবমগনি" অসিনচিংবা। পূন্নমক তাক্লবগা অমুযাইমগী থম্মোযদা মচীন থৌববা খূৎলাইনা থিনবগুম থোকখি। রাফমশিংদুগী মতীক চাবা প্রমাণ ফংদ্রবসু মশানা য়েৎফম লৈত্রবা রাবী ঙাক্তনি হাযনা অমুযাইমনা খল্লি। রাবীশিং তাবিঙেদদি মনাকোং মেলহৌদ্রবা অমুযাইমনা থম্মোযদগী খোঙ্খাং যৈবক্লবা মতমদা মথস্তা মনাকোং মেন্দুনা খাওখি। মহাক্লা ঙসিদি হেক হল্লকপগা রা লোইথোক্লগে খন্দুনা ঙাইখি। অদুবু কৈনাহনবীনা নুমিৎ চুপ্পা রারুবগা মদুদগী ফংলকপা খবদুনা চেঙ চাক, চান-থক্লবা পুবগা মযুমদা হঞ্জিল্লক্তুনা লমযাযদা থাদবগা "ইমা ইবেম্মা। নঙনা পোকপিবমদুনা পূন্নমকসি ফংলিবনিকো।" হাযদুনা শোনখি। মহাক্লা স্বব মপী হোন্দোক্লদুনা নোংমসু হাযখি— "হে ঈশ্বর। কবম্বা নুমিৎ থাদা ইচাশিং অসি চাউবক্তুনা মখোযগী মপান-মচুম চাবা ফংলকখিদগে? ঐখোযবু পোখাবা ফংদনা পুন্সিসি কেন্নগদ্রা খঙদ্রেদকো।"

কৈনাহনবীগী মতৌদুদা অমুযাইমা রা ঙাঙলুবা ঙমদে। নুমিৎ কযা, থেনখাও কযা অসুম্না তেমশিংলুবা রাখল কযা অমুযাইমগী থম্মোযনুংদা ঈথক চাউনা কাবম্বদু তক্তনা মাওখি, অবেম্বা তাখি।

হকচাংগী ফীভমদা অকাযবা খবা লৈজববসু নহা ওইবগী লাকঙম ফাঙমদ্রবা থম্মোয ঈহুলবুদি অমুযাইমা লাকশিন্দুনা থম্বা ওইথোক্তে। মতম খবা থম্লুববসু মদুনা ঈহৌবকপা মতমদদি হান্নদগী শরুক কযা হেন্না মপাঙ্গল লৈবা ঈহৌ ওইবকখি। মতম অমদা চুং ফীবান চাববা শাবান মূর্ত্তিগী নুপা অমনা ফীভম কাযববা শকফমদা তাদুনা লৈবদু নীংশিংখিদে কৈনাহনবীনা, নোংমতসু থম্মোয়গী

খুইথকব্বা লৈয়োন্দা লৈহি চেল্লিব্রা য়েংখিদে। লৈমন চল্লুববসু নোংমদোন লীক্লা ফংলগা তেকখৎলকই হায়ব কৈনাহনবী নীংশিংলুদ্রে। অমৱোমদা লৈতা লাইরগী লৈচিন্না মাগী থম্মোয় মিংশেনবু কুপখিদুনা নুংশি ঈখৌ লাংলবী চেক্লা অমগী মতৌ কৈনাহনবীনা উৎলকখিদে। অদুবু মীগী মচীন্দগীদি তাখি অমুয়াইমনা তাহৈদ্রবা কৈনাহনবীগী মপাউ কয়া। নোংমনা হোটেলগী অচীকপা কাদা মশক খঙদবা নুপা অমগা কৈনহানবীগা থকমিন চামিন্নহৌই। নোংমনা নূং চিংবা গাড়িগী ফ্রন্ট সিটতা ড্রাইভবগা হেদো হেবাউ কানা চৎখি অসিনচংবা অমুযাইমগী থম্মোয শোক্লবা মপাউ কযা। অসিদা নত্রি।

কৈনাহনবীনা থবক্তগী হল্লকপা কযাদা নুপা নহা লোয়নবকপা অমুযাইমা মমীৎনা উবা যাউখি। নুমিৎ অমদি থম্মোয়গী লাইমন খাঙবা ঙমদ্রদুনা অমুযাইমনা মাগী নুপীদা হাযখি— "কৈনা! নঙনা থবক চৎপসি তোক্লো।"

"ঐনা থবক চত্রবদি ইচা পিশকশিং অসিদি কনানা থাকপিদোইবা?" মপুবোইবগী পাউখুম কৈনাহনবীনা পীখি— "মহোয মপাবু থবক নোংম্বা ঙম্লগদ্রনে?"

"ঙম্বা ঙমদবা অদু অদা খঙদে, তোক্লো হাযবিসিনি। অমুযাইমা খোন কনখৎলকখি— "নঙ চৎপা শুকযা যাদ্রে।"

অমুযাইমনা মমায ঙাঙদুনা শাউগৎলকপদু উবদা কৈনাহনবী নেমথবকই। মহাক্লা তপ্না হাযবকই— "ফবে ঐবুদি তোক্লগে, অদুবু ইমুংসি কনানা যেংশিনবিগদৌবিগে হাযবা?"

কৈনাহনবীগী ৱাহৈদুদা অমুযাইমা কবিগুম্বা অমত্তা খুল্লক্তে। মানা পাল্লিবদি মপুবোইবনা কল্লকপেন্না চৈবিবদুনি। মহাক খঙঙি, অমুযাইমনা মতম কুইনদগী মহাকপু ৱারৌই  হাযবা। তাঞ্জা চাবদা ৱাফমদু শেংদোক্লীংদুনা লৈবিবনি। মপুবোইবনা খুন্নকত্রবদা মহাক্লা মখা তাবকখি— "ঐগীদি লাইবক ফববনে। নচা অচৌবা অমা লৈবসু নত্তা নযাম্বা ননাও অমা লৈদুনা তেংবাংবিবক্তনি হাযবসু নত্তা, কদাইদৈনো ঐখোযনা হিংদোইসিবো?"

"কমদৌনি লৈতবনিনা তোকপসিঙাইদনা।" অমুয়াইমনা ঙহাক খল্লুবগা মখা তাবকখি— "মীবু পাক শিব যাৱো? শিগে হাযববদি ঐ নহান্না শিবা যাববনি,

অদু হিংলিবসিনি। হিংনা হিংনা শিবগী মহুত্তা চান্ননা শিবা পাম্মি ঐ, নৎত্রগদি নঙগী লমচৎতু থাদোকপা তাই!"

"ঐনা কবি লানখ্রদনা?" কৈনাহন্না মতম কুইনদগী চিংনবকপা রাফমদু ঙসিদি অমুযাইমগী মচীন্দগী তশেং তশেংনা তাবা ফংজখি। মহাক্না পেন্দবগা লোয়ননা খুন্নকখি— "কবি হাযব হৌজিক্কীদুবো? ঐগী লমচৎ পামদে হাযবা? হৌজিকফাওবা ঐবু থাজদ্রিবকো? ও, ইবুংঙো ঐসে নচা অহুম শুববা নুপীনে। ঙম্মু ঙম্মীনে .।"

"থাজবা থাজদবা ঐ খঙদে, নঙবু ঐনা শেন্নকব্বা নত্তে। নঙনা চৎলিবা থবক খুৎচৎতো মী অউবনা খঙভি। নঙনা কোনশেং শাদুনা কান্নদে, ঐ তানিংদে।"

"তোকপা যাবোই, তাদবা য়াবোই। ঐগী অচিৎ অকোম যেংলিবা মীশিংদো মখা শেৎকে পুথোকপিবকউ। পাউ তম্বা মবীক চুম্নবা মখনাউদা ঙবেংজৈনা লেংগেনে।" কৈনাহন শাওখিবনা লুতোন শাৎখ্রে, মহাক্না লাউবখৈ লাউকব্বগা কপথোবক্লে। মহাক্কী মীৎলুদগী মপি শীঙ্খবদুনা তপ্পা তপ্পা হাযবকখি— 'ইমান্নবগী মমাঙদা ইকাইবা খঙদনা ইচা পিশকশিং য়োকপা ঙম্নবা অহিং নুংথিল নাইদনা চেক্লিবা। নোংমতং কোক চীক্কুনা হকচাং ঙমদ্রবা ফাওবদা হোবেল কবি চাগদগে খন্দুনা অরা-অনা কিদনা শূবিবা। অদুগা মখোয মখোযনা ওকত্রগা, মীগী মচা মরা লৈবা নুপীবু মখোযনা থেম্বা যাদ্রগা নত্তা নত্তবা হাযজিন্দুনা মাঙনবা শীবা, মখোযশিংদো খঙগনি হন্দক্তি কৈনাগী ইতীক খঙহনগে।"

কৈনাহনবীদো চান্ননা হৌনা কপথোবক্লে। মাগী থম্মোয শোক্লবা রাহৈ খবদু তাকব্বগা অমুযাইমা মতোমতা ইকাইজবক্লে। মহাক্না নহানমখৈ তাবম্বা পাউ পূম্বা শাজিন্নবা, ওইদবা ঙাক্তনি হাযবসি কৈনাহনবীগী রাহৈ তাকব্বগা খঙবা ঙম্নকখি। মহাক হাযদোক্লববা রাফমনিনা খামজিনবা ঙমদনা তুমিন্না লৈবা তাখি।

কপ্পমখৈ কপ্পুবগা কৈনাহনবীনা অমুক হাযবকখি— "ফৈ ঐ ফমদুনা লৈথোক্কে, কনানা ইমুংসি য়েংশিনবিববগে যেংগে।"

ঙাঙবা য়াবা খবা ঙাঙলম্নগা কৈনাহনবী ফমুংদা মচা কোন্দুনা হীপখ্রে। অমুয়াইমসু অমুক খুন্নকত্রবদা বাফমদু মখা শাংথখিদ্রে। অদুবু অমুয়াইমগী পূক্লিংদা চিংনবা অমদি খুদক্তা পোক্লকখি। মদু অতৈ কবিসু নত্তে কৈনাহনবীগী মবমদনি। কৈনাহনবীদি মহৌশাদগী নুপাগুম থম্মোয় কনবা শীংনবা য়াদবা, মহাক্না তৌখ্রবোই হায়রবদি চপ য়ুংনা ভাকপা ঙম্বী নুপীনি। মদু অমুযাইমা খঙঙি। মবমসিদগী মহাক্না কবিমতা তৌখ্রবোই হাযবদি তৌদবগা মান্নবগনি হাযবসিদা অমুযাইমগী পূক্লিংদা চিংনজখি।

নুমিৎতু পুমচীক চীক্লে। অয়ুক নুমিদাং তূনা চরা হেন্লে কৈনাহনবী। চাক থোংগদবা মানা থোংদ্রবনিনা অঙাংশিংসু চাদ্রে, লোযননা অমুয়াইমসু। অদুবু নুমিদাংবাইরমদা অঙাং অহুমদি মমানা পুথোক্তুনা হোটেলদগী অচা-অথক পীজখি। মদুসু অমুয়াইমদি খঙখিদে। অহীংচূপ্পা অমুযাইমনা বাখল তৌই। বাফম খবা হৌদোকসিবা খল্লি কৈনাহনবীদা, অদুব নুপা মচানবু লাক্লে হায়জবা হৌনদে খন্দুনা তোক্লে। মথংগী অযুক্তা খনবমখৈ খল্লুবগা অঙাংশিংগী মতৌ যেংবা ঙম্নকত্রদুনা অমুযাইমনা হৌদোবকই— "অঙাংশিংসি ঙবাংদগী কবিমত্তা পীজবকত্রি, অদু ঙসিসু পীজববোই হাযবিব্রা কৈনা?"

"নুপানি কবিনো তৌবিকবো ঐদি নুপীনে।" কৈনাহনবীনা চীংলেম্না খুন্নকখি— "ঙন্নি হাযদাইনে?"

"কান্নদে কৈনা। নঙ ঐগোন্দা নরুগনু। ঐসে শিবা হেক ঙমদবগী খাঙলিবনি। নোংমা হুবা কবিনো অমা চাবগা কোক শিদোকখ্রবদি নঙ কযা নুংঙাইবোই ।" অমুযাইমনা কৈনাহনবীগী পাউখুমদা পেন্দবা ফোঙদোক্লদুনা হাযখি— "ঐনা শোন্দুনা লৈবসিদা ঐসে থরায পান্দ্রবা উকক অমগুম খল্লমাক্লেনে নহাক। নঙনা ঙম্বগী মতীক ঐসু ঙম্বযাই, অদুবু খল্লু নচা পিশকশিং অসে মপা মমা যাওদনা লমজা শবা ওইহনবদুদি পামদবগী খাঙবনি। নৎলমদ্রবদি অমুযাইমসু থরায অমদি পাল্লি হাযবা নঙ খঙলমগদবনি।"

অমুযাইমগী বাহৈশিংদু তাকবগা কৈনাহনবী পাউখুম পীবমদনা ইমুংদগী থোকখি। ঙহাক লৈবগা ইন্নফি মচীদা কবি কবিনো খবা যোম্নগা হঞ্জিল্লকখি।

পোৎচৈশিংদু চাকখুম্মাওদা থনম্নগা কৈনাহনবী পৃত্রিদা চোংথদুনা চুপ লুপ্লুবে। মহাক অমুক পম্বমদনা চাকখুম চণ্ডখ্রে। কৈনাহনবীসু খণ্ডিভ অমুযাইমা মবীংজেল খাবা মপুরোইবনি। লৈত-লাইরগা মৈনা চুবগী মথক্তা নহা ওইনা পুন্সিগী নুংঙাইবা শক্তক ফংখিদ্রবা মপুরোইবনি। নোংদম্বগী চৈবাক্লা কনখিবদগী ঙসিফাওবা য়ুমদগী মপান থোক্তনা লৈবক্নি। মতম অমদা অমুযাইমনা কেজবম্বা, হবাউ-কুম্মৈ পামজবম্বা, সেংপা-চাবদা চিলহাও থিবম্বদো ঙসিদি অফংবা খবদা লেন্দুনা লৈবক্নি।

কৈনাহনবী মীৎকুপ খবগী মনুংদা থোং-থোকপা লোইবদুনা মচাশিং পীজখ্রে। অমুযাইমগী শকক্তু নীংথিনা শেন্নগা থন্নে। অদুগা কৈনাহনবীনা হাযখি— "ঈরুজনবা ঈশিং লৈহৌববনি।" কৈনাহনবীনা হাযবিবদু তাববসু অমুয়াইমনা খুন্নক্তে। খুম্বদি লাযবদুনা হীপফমদগী লেঙখিদে। মপুবোইবনা ওইনবিবদু কবিগীনো হায়বা কৈনাহনবী খম্বরুদে। মহাক্না অমুকসু হায়খি— "চাকসি ঈংখিদৌবে, চামিন্নবসি হাযবা ।"

অমুয়াইমা হোয মাই হাযদে তুমিন্না অদুমক লৈবি। কৈনাহন্না মখা তাবকখি— "হৌগৎলো ঐ শম্নগে, ঙবাংদগী চাবক থক্রক্তবদা লাম্বনা পৃকসি তৎলবনে। হৌজিকপু অঙাংদৌনা অমুক থেন্নবা তাবববো?"

"নঙগী চাদৌবা চারু ঐদি চাবোই।"

"হৌজিকফাও শাউবিবা? শাউদৌবা ঐনদি শাউদ্রগা, কান্নদেসে চাক ঈংখ্রনি।"

অমুযাইমা হন্দক্তি খুন্নকখিদ্রে। মদুগী মহুত্তা ফৈজুপ চিংখৎতুনা হীপখ্রে। অমুযাইমনা শাউবিবদু কবিগুম্বা পাম্বৈ অমা থিদুনা ফনবা হোৎনহৌদ্রবদি হেন্না শাথীবা ওইবক্কনি হাযনা চিংনরদুনা কৈনাহনবী অমুযাইমগী হীপফম মনাক্তা চণ্ডশিল্লকখি। কৈনাহনবী মতম কুইনগীদুংদা নীংশিংলকখি, অমুযাইমগা মখোযনি চামিন থকমিন্নখিবা, অমনা অমগী অরাৎ অপা হংন-হাপ্নখিবা নহা ওইবৈঙেগী পুন্সি। অমুযাইমবু হেন্না নুংশিবকখি, মহাক্না অমুযাইমগী ফমুং মচীদা ফন্নদুনা তপ্না হায়বকখি— "ফবে, মতুংদদি ঐ নঙনা যাদবা থবক অমত্তা তৌববোই, শাউবা তোক্লো চাক অসি চামিন্নকবসি।"

ফক্লাংলোমদা মমায় লৈথোক্তুনা হীপ্রম্বা অমুয়াইমদু কৈনাহনবীগী লৌশিংনা চিংদুনা পুথোবকখি। নহানমখৈ চৈশূগী মতেংনা চৎথোক চঙশিন তৌবম্বা অমুযাইমদো ঙসিদি চৈশূ শীজিন্নখিদ্রে। কৈনাহনবীগী লেংবান্দা অমুযাইমগী পাম্বোম থম্নক্তবা থা কয়াগী মতুংদা ঙসিদি নৌনা অমুক উবা ফংলকখি। অদুবু অসুক নুংঙাইববা মীৎকুপ অদুদা অমুযাইমগী মীৎলুদদি পিবাং ঈহৌবক্লি। তপ্না তপ্না মমীৎতগী মপি তৈথোকপা লাক্লবি।

।।১৫ ওক্টোবব, ১৯৮৬।।

# মৈরাদুগী মমি

ইবেতোম্বীগী নৌনা ফংজবা মচা নুপাগী ইপান ঙসিনি। অযুক পুং নীপাল মখায তাবকপদা মাইবী অমদি মাযোক্নবী অনীমক হৌনদুনা ইবেতোম্বীখোযদা লাক্লে।

মৈনীং কুপ্লীবী ইবেতোম্বী, মচা নুপা ফংজবগী নুংঙাইব্বা নুমিৎসিদা মতেক মতেক নুংনাংবা পোকই। ঙহাক অমনা মী খ্বাইগুম চীংলেম্না ইপানগী থৌবম পাঙথোকপা যাদবগী। ঙহাক অমনা মপা যাওদনা ষষ্ঠি শোনবতাবগী। ঙহাক অমনা ইমুং-মনুং, কৈরোয লৈকাইনা মাগী মবমদা ঙাঙনা শরুবগী। খল্লু খল্লুবগা ইবেতোম্বী নুংঙাইব্বা মীৎকুপ অসিদা নীংবকাযবগী চৈনা পোকই। মহাক্না রাখন্দা লুপ্নিঙৈ খুদক্তুদা মাইবী অমসুং মাযোক্নবীনা মাঙ্গোন্দগী বে-বে ঙাঙলদুনা ইবেতোম্বীগী মৈনীং কুম্ফমদা চঙলকই, অদুগা হাযরে— "ইবেতোম্বী। ইপানগী মপোৎ মচৈ থৌবাং লোইব্রা?"

"ইন্দোন। লোইববিগনি, অরাৎ অপা য়াওবিব্রা অমুক্তা যেংশিনবিযু।"

ইবেতোম্বীগী পাউখুম তাববা মতুংদা মাইবীনা হাযবকই— "অদুদি ইবেম্মা মাঙ্গোলদা পুথোবক্লো।" মহাক্না ইবেতোম্বীগী মচা অহল লৈশাবী পুংকক ফাববীদুদা হায়খি— "ফৌদাং লৈবগা লাইতং অমা লৈত্রগা ইশূসিদি মেকক অমনসসু যাই। ঙাবী পবেং থুম মপাক অমা, ঙাখা অযাইবা ফংদ্রবনিনা ঙা অযাইবা খবা পযাদা লেংবা অদুগনে ঙমু অহিংবা অহুমদংগা লা লাতোন অমদা হাপ্লগা যাংকোক মথক্তা থাঙ্গৎতুনা পুথোবকউ।"

মাইবীনা হাযবিবা পুন্নমক ইবেতোম্বীগী মচা নুপীনা মথং মথং হোন্দোবকই। পোৎলম শুবব্রা শুদিবিববা হাযদুনা ইবেতোম্বীগী মমা অহল ওইববী পশোৎনা ইমুংদগী মখ্বাঙ কোন্না থোবক্লগা চৈশু মচাদু থম্লদুনা খ্বাঙচেৎ মচীদা চেৎনা কিবিবা কিশি থোক্লগা দক্ষিনা হাপ্লদুনা মাইবীদা হংলকই— 'ইবেম্মা কুমু, নশূগীসি নীংথিনা কৎপিযুকো।"

"এ ইচে, পাম্বোইবীনা কৃপা তৌগনি। অশোয অঙাম যাওদনা ফজনা কৎচগে ইচে কবিমতা নুংশা থীবিগনু।"

মাইবীগী পাউখুম তাববা মতুংদা ইবেতোম্বীগী মমানা হাযবকই— "নঙগীসিবু হৈরুক পান্না তাঙ্গা উদেনে ঐবো ।"

"আ ইবেম্মা সুশিলা হৈরুক অমগা পান্না তাঙ্গা অমত্তংগা পুথোবকউ। ইচেনা হাযগুল্লদনা মদুমদি চিখবে।"

মাযোক্লবীনা পশোৎকী পাউখুম পীবদুনা ইবেতোম্বীগী মচানুপীদা থৌদাখি। মহাক্লা মখা তাবকই— 'ইবেম্মা ইবেতোম্বী' নঙসু কবি থোইদোকপা তৌদ্রবদি অঙাংদু পম্লগা মাঙ্গোল নুংশাসিদা থোবকও। ঐখোযগী থৌবাং লোইবে।"

অঙাং পোকপগী তকল্পী চনবদা পাঙথোকপা মৈতৈগী চৎনবী ইপান থাবগী থৌবম তেক্ত-কাযদনা লোইশিনখ্রে। ইবেতোম্বীনা মমাগা তান্নদুনা মাইবী অমসুং মাযোক্লবীগী অঙম্বা দক্ষিনা কৎখ্রে। য়ুমলোন কৈবোন্নবগী মৌ অহল-নহা খবা ইপান য়াওবা লাকপশিংদু চুকট বেডী, ক্বা ঙমজবা সেবাগা লোযননা দক্ষিনা তৌবে। কনাগুম্বী মৌ নহা অমনা ইবেতোম্বীদা ফাগী তৌবদুনা হাযবকই— 'ইবেতোম্বী ইপানগী দক্ষিনা সিনা লোইবা যাদ্রি, হোরেন ষষ্ঠি পূজাদসু লৌবখিনি, নঙগী হন্দক্কী অঙাংসিগী হাক্তক্তা ঐখোয় যান্না ৱাখ্রপোৎনি ।"

মযাম ফন্নিবশিংদু ৱা ৱা নোক্লে। মৌ নহাদুগী ৱাহৈদা কবম্বা নোকনীংঙাই অর্থ চেনবনো হাযবদু মখোযদনি খঙবা, অতৈদি খঙলমদবা যাই। মৌ নহাদুগী ফাগীদা ইবেতোম্বীসু অকংবা মীনোক অমা লোক্লগা পাউখুম পীবকই— 'ইচেগীদি দক্ষিনাদা নত্তে, অঙাংসিনা চাউবগা কবি কবি যাম্না তৌহনখিনিদা ।"

মযামদু অমগা অমগা হবাউ নুংঙাইবা ফোঙদোক্লবম্লগা হন্নখ্রে। ইপান

থাবগী থৌবমসু লোইখ্রে। ইবেতোম্বীনা মৈনীং কৃষ্ণমদা চঙলগা মতোমতা অচীকপদুদা হৌখিবা থৌদোক মথং মথং লীংশিংলকখি।

লৈকাইগী নেশা বন্দ কাঙলুপকী নুপী মব্দপ্তা মতম অমা ইবেতোম্বী অচৌবা থৌদাং যাবম্মী। লৈকাইদা লৈবা নেশা চাবা, য়ু থকপা মী খুদিং নুপী মব্দপ্না থিংনবা হোৎনবদা অহীং কয়া মীৎশেন খাঙদুনা লম্বী লম্মাঙদা য়ারেকখি। লৈকাইসিদা লৈবা ওক্তবা কয়া নেশা চাবদগী থিংখি, লোযননা লৈকাইসিদা মযাই কাবা নেশা যোল্লম্বা মফম কয়া মুপী মব্দপকী অমত্তা ওইবা লিংজেন্না থিংবা ঙমখি। নুপী মব্দপ অসিগী থোইদোকপা থৌদাং অমনা হৌখিবা চহী খবসিদা লৈবাকসিদা হৌবকপা খুৎলাই পাযবগী ঈবাং মনুংসিদা মবাল লৈজদবা নহা কযাবু মমা মপা, মচল মচে কযাগী মমাঙদা আইন ঙাক্রিবা সিপাহিশিংনা ওৎ-নৈবা অমসুং মপুম্সী মাঙহনখিগদবদগী কন্নবা হোৎনখিবা কযাবু মীযান্না থাগৎনখি।

নেশা বন্দ নুপী মব্দপকী ইমা ইন্দোলশিংনা মতম খুদিংদা লৈকাইগী নৎত্রগা লৈবাক্কী ওইবা ৱাফমশিংদা মশাগী ওইজবা থাদোকপদা নত্তনা মথৱাযফাওবা পাম্মুদনা মথৌ তৌখি। মতমদুগী থৌদোক কযাদা ইবেতোম্বীসু মশাগী তৌফম থোকপদগী হেন্না মথৌনা উৎখি। অহীং অমা লৈকাইসিদগী মবাল লৈরে হাযনা হাযজিন্দুনা ফানবা হোৎনখিবা বাবাতোন কৌব নহা অমবু সিপাহিগী মখুত্তগী কন্নবা হোৎনবদা লাম্মীগী চৈথেং যংখি ইবেতোম্বী। অদুগুম্বা নেশা বন্দ নুপী মব্দপকী মৈবা পাযবীশিংনা অচুম্বা ৱাযেনগীদমক সবকাবগী মফমদা অহনবা লৈতনা লাম্ভেংনবকখি। ইবেতোম্বীনা অহল ওইরবী মমা অমসুং মানা পোচকম্বী মচা অনীবু থাকপা, য়ুমগী অৱাৎ অপা পুবতা নত্তনা লৈকাইগী থৌদোক ৱাথোক কযাদসু থৌদাং যাবকখি। লাইবক থীবা হাযগদ্রা, যবনি হাযসিবা ইবেতোম্বীগী পুন্সীদা মং অনী শুনবগী তাঞ্জা অদুসু নুপী মব্দপকী মৈবা পাযবীগী থৌদোক্তা লাকখি।

নোংমা অহীং অমা ইবেতোম্বী অমসুং নুপী মব্দপকী নুপী তবেৎ নীপাল নেশা থিংবগী ঈহৌদা লম্মাঙদা অহীং য়াবেকপা লাকখি। থংনবা লৈকাইদা মী ফাবগী থৌদোক অমা থোক্নুনা মখোয পুন্নমক মতেং পাংবা চৎখি। থৌদোক থোকফমদুদা ইবেতোম্বীনা নহা ওইরৈঙেগী চান্নবম্বা অমুথোই থেংনখি। অমুথোই মতম অমদা ইবেতোম্বীনা লৈশাবিঙেগী পুন্সি খোঙলোই ওইরম্মী। ইবেতোম্বীনা

অতোপ্পা নুপাদা ময়ুম পাল্লদুনা মচা অনী ফংলবা মতুংদা লুপ্পা ওইনা মপামদা হল্লকখি। নুমিদাং অদুদা অমুথোই, ইবেতোম্বী অমনা অমবু মতম কুইনগী তুংদা উনবগী অবা-নুংঙাই ৱাবী শানখি। নুমিৎতুদগী অমনা অমগী মফমদা লৈনবম্বা নীংঙমদবগী কিশি তপ্পা তপ্পা থোক্লবকখি। অচীকপা মফম কযাদা মখোয়নী তোযনা উনখি। ইবেতোম্বীগী চিব্বা ইমুং মনুংগী মতাঙ কযাদা অমুথোইনা মতেং পাংখি। মদুগী লম্মন ইবেতোম্বীনা মশাবু পোম্বা ওইবা তাখি। অমুথোইনা ইবেতোম্বীবু অচীকপদা উনবম্বগীদমক মৈবা পাযবি নুপী মব্দপ্পা ইবেতোম্বীবু ওক্তবীনি হাযদুনা তাম্বোকখি। ইমুং মনুং, কৈবোয লৈকাইগী মমাঙদা ইবেতোম্বী মপান থোকপা যাদনা পাউথোকখি। লোযননা মহাক মমা ওইবগী চেনবা যাদ্রবা খুদম ফংলকখি।

নোক্কা চেউববা সমাজগী মমাঙদা লৈবা পাযবী নুপী মব্দপকী লুচিংবী ইবেতোম্বীনা মীযামগী মীনোক অমদি মীচৈ খাঙদুনা নুংশি খুদোল অদুবু লুনা চান্না যোকচবকখি। মদুমক্কা থা খবগী মতুংদা অমুথোইসু ইবেতোম্বীগীদমক্তা মীযাম মাঙদা লেপখি। থীবম্বা মিংচৎ কন্নখি। মতমদুদা ইবেতোম্বীনা হাযখি— "লাইবক থীবগী থীবা, ঐগীনি হাযদুনা তাইবংসিদা ইখুৎ শমদুনা লেপ্লিগদবা কন্না লৈত্রে।"

ইবেতোম্বীনা মমীত্তগী পিবাং শীম্বদুনা মখা তাবকখি— "পীক্লিবা অঙাং অনীসিদং যাওবমদ্রবদি ।"

"যাওবমদ্রগা কবি তৌগদৌবিবা? অমুথোইনা ইবেতোম্বীদা হংখি— "পুন্সিসিবু নুংঙাইবা ঙাক্তা ওইগে যানব্রনে তোম্বী?" মহাক্না মখা তাখি— "অৱা নুংঙাই কযা মাযোক্লদুনা নশাগী নথৌ পাঙথোকপদুনি মীযাম্না তান্নবিবসি। নহাক পুন্সিগী দাগফম অমত্তং ফংবদা অদুক তুশোন্নবিবা কবিগীনো?"

"অসি নত্তনা ঐগী কবি হাযনীংঙাই লৈব্বিগে? ঐগী চঙজফম কদাইদনো? কন্নাগী মকম থুগ্পুনা অঙাংশিং অসি শেমদৌবিবনো? খঙদ্রে, ঐ হাযফম খঙদ্রে তামুবী, ঐ খনফম খঙদ্রে।"

"পুন্নমক মাযোক্লবা তাবনি। মতম মতমদা ঐহাক নঙগীদমক অঙম্বা থৌদাং যাগনি ইবেতোম্বী। অঙম্বা মতেং পীগনি।"

অমুথোইগী রাহে তাক তাব্বগা ইবেতোম্বী হেন্না হেন্না কপখি। পিরোইনব্বা রাহৈনা হাযজখি— "মদুবু ওইথোকপা যাবা রাফন্না? মীনোক চাউব্বা সমাজসিদা ঐহাক মদু খাঙবা ঙম্লোই।"

"মদু নঙদগী নথৌদাং নত্তে। ঐহাক নঙগীদমক্তা পূন্নমক্লা নাকপাক অমদা লেপখ্রবসু লেঙলবোইদবনি ইবেতোন। লেঙখ্রবোই মৈবাসিনা শাক্কিনি।"

অমুথোইনা মৈবা পাযবীশিংগী উতোং মৈবা পাযদুনা রাশকখি। নুমিৎতুদগী অহীং কযা, নুংথিল কযা অরা পিবাং মবক্তা হুরাউ মীনোক তমজবকখি ইবেতোম্বী। মদুগী মহৈনা অনীশুবা মপুবোইবগী মচা ওইনা ঙসি নৌনা ফংজবা মচা নুপাগী ইপান নুমিৎনি। অরা নুংঙাই কযানা থক্লবা নুমিৎসিদা অমুথোইদং যাওবন্নবদি ইবেতোম্বী হাঙলিবা রাখল পূন্নমক মেনশিল্লমগদবনি।

।। ২১ জানুৱারি, ১৯৮৭।।